# শংবান্নবা অতিয়াগী ঈপাক্তা

এমং বরকন্যা



রাইটর্স ফোরম
ইম্ফাল

## ফোরমগী মাইকৈদগী

খৃষ্ট চহী ১৯৮৮ দগী হৌজিক্ ফাওবদ ফোরমন থম্লকপ লাইরিক লেঙবগী পানদম মথাদ পুং লাইরিক ৩১ ফোংদোকখ্রে। অহোঙ্বা অমসু ফোংদনবা সেনখং পীজখ্রে। মখুন লৈন সাহিত্যগী পোংথোকপিং মণিপুরী সাহিত্যগী পুক্কৈদা হাপচিনজবগী পানদম্দ ৩২ সুব লাইরিক খুদোল তমজরি।

মণিপুরী অয়াম্না অইবশিংনা যাওবর, অমগা অমগা মতেং পাংনবগী লাইরিক ফোংদনবা হাংনজরিব অইবশিংগী মরূপ অসিনি অইবা/অইবী ৩১গী শেরেং লাঃ ১৭, ৱারীমচা ১০, ৱারেং ৩, দ্রামা অমদি উপন্যাস ১ পুথোকচখ্রে। হন্দক পুথোকচরিবা ববকল্যাগী শেরেং-'শংবাস্নবা লৈমায়গী ইপাক্তা' অসিন ঐখোয়গী ৩২ সুবা খুদোলনি।

অইবনা ফোরম ডেমদনী অরাবসি কোকহংবা মরূপনি, মসিদা অঙ্গনবা নত্তে, সাহিত্যগী পোংথোক্ পুথোকমিন্নবনি। অদুন লাইরিক অসি ফোরমগী মাযকৈদগী চাউথোকচনবা লোয়নন মীয়াম্দ লানথোকচরি।

দিলিপ ময়েংবম
জেনরেল সেক্রেটরী
রাইটরস্ ফোরম ইম্ফাল।

ইম্ফাল,
তাং: ১৮।৭।৮৮

# অইবীগী ৱাহৈ

ফজ্জবা লৈঙ্গ অমা টক্লবা, ফজ্জবা শৈরেং অমা পাক্লবা পুক্লীংদা মুংঙাইবা পোকই। মাংকুপ খবদি মতুদা ঙাওজবা ডক্টী। পীব্রিভৈদ ঐনা আউট বুক পাবা লেবকপা মতমদগী ৱাবেং-শৈরেং হনীংবগী ঈখিল ফাওরকই খুৎ থাবদি ডমখিদে। ইহান হান্নবা ওইনা ঐনা ক্লাস সিক্স তম্লকপা মতমদা (১৯৭০-৭১) শৈরেং অমংক ইবা হৌখি। কেতকীগা গুলাপকা চাংদমন্নুনা ইবা শরেংনি পরেং ৫/৪ নত্তনা অইংদি লোইনমক কাউথোকাংখ্রে শোক ১৯৭৬-৭৮ হাবী মচা ববগা শৈরেং খবগা থাকখি শৈরেং অমনা ক্ৰাকৈথেল গার্লস হাই-স্কুলদ তম্বী ইমান্নবী অমনা মাগী মিংদা। মেগাজিন্দা হাপখি অতুদগী ঐনা জি পি ৱুইমেন্স কলেজদ তম্না মতমদা ১৯৭৬-৭৭ কী কলেজ মেগাজিন্দা বারীমচা অমা হাপখি ১৯৭৮-৭৯ গী মেগাজিন্দ শৈরেং অম বারীমচা অমা হাপখি। মতাংতুদা 'বাপল' কৌব শৈরেং [illegible] ইখি। উপাই লৈতব নাইতোম কাববা শক্তি লৈবা মীশিনা [illegible] পীরবা মীওইশিংগী পুন্সিগী মমি ঐগী নোরিবা থম্মোয়গী ফাঙ্কদ তাবকখি ঐনা মতমতুদা য়াম্না পামজখিব শৈরেংনি। পরেং খবদি হাজিকস্তু চীনফা পুত্তনা লৈরি।

পেন্দবা চাইবংগী অখাবা মীৎয়েং অমুক শোঙগনি অমুক কাক্কনি।
লৈখা তাববস্তু মতাঙ্গী থম্মোয়
বারক কুন্দোগা লোইরোই খুৎশঙ্গা
মকা লাম্না মোমোন নোক্কনি
কুমওন খুদিং য়েন্নীং থানা লাকপদা
নাইতোম কাববা ৱাগী বাপল।

মতেক শর চানফা পুহৌবা নকুনা লোইনমক মাওশ্রে। ১৯৭৯ জানুয়ারী তাং অমা ঐগী মাপ্সো শ্রীথিয়াম ইবোহল সিংহনা পাউ পৌশিবকখি - 'কবি সনমেলন অমা তৌগদৌরি শৈরেং অমা পাউ।" নহারোল সাহিত্য প্রেমি সমিতিনা শীনবা ওইরমাল্লে। থুমিত্তুদা পি আং: বিগী গোল, পাউনা বজারদ' শৈরেং অমা পাখি 'নকোক ভাওবরা উগী থুং" নংগী থুংডাইনা থুমিং কয়ানি তম্বা চাবা চঙখিদে। করম্ব ষ্টাইলদ ইবগা করম্বা থূংফোওদোক্কা ফোওদোক্লগা পুক্কিংগী ফীজংদা শরিব মমিশিংসে মপ্যংফাবা ওইগদগে খনবদা লাওতকখি। ঐনা জি: পি. ওমেন্স কালেজগী লাইব্রেরীদা লেপ্লা শৈরেং লাইরিকশিং পাখি তৌজিংক তৌজিংকমক মমিং লৈরবা নহারোল কবি অমসু ওইরিবা ঐগী ওজাসু ওইবীরকপা শীবাংজম ইবাপিশককী শৈরেং লাইরিক 'অপাইবা থবাস' খেখশি। মহু পাকবদা পুক্কিংদা থুংডাইবা পোকখি ওজানা ক্লাসতসু হক হেক হায়বিখি "শৈরেং হায়বসিদি থৌবীদা ইবনসু য়াং য়াংপোদ' ইবনসু যাই পোং অমদা হেক্কা পাল্লগা ইনা যাই' সিমক থৈত্তোন্দা কান্নবরা পাম্নে অমা ওইখি।

মহাক ফবরা কংলৈপাক্কী সাহিত্যগী লৈকোলদা মখল মচু কয়াগী লেনম চনবী লেরাংজনা খন্না শাংলক্লি মসিগীদমক ঐখোয়না চাউথোক-চনীংই। ঐগী শৈরেংশিংগী মফম করম্বা থাক্কা লৈগদৌরিবা মহু ঐ খঙজদে। পেঞ্জরিবদি ইচম চম্বা মনারৈক্কী নাচোম ওইরবসু ইমাগী নাপ্পদ, থেংচন ফংজরে মসিসু।

ঐগী শেরেং লাইরিক অসিগী মথুমগী লাই ঐগী মরূপ শ্রীবীরেন্দ্রজীৎ নাওরেমন ছাপকপাবনি লাইরিক অসি নম্বনা আর বি প্রিন্টিং হাউস নাগামপালদা। মথৌবনি অতুনা ঐহাক্ক মরূপ বীরেন অমদি আর বি প্রিন্টিং হাউসকী ইচিন ইনাউশিংদা তৌবীমক থগুবা উৎচরি। অতুগা হায়জনীংবা অমনা বনানগী বাফম থসিনি। প্রুফ কক্লা কক্লা য়েংনা য়েংনা অরানবা অমদি হক্কা লৈবক্সী। লানবা হায়বসি মীওইবগী হৈনবী ওঙরমাল্লে।

অরানবা চুমথোক্লবা মতুংদমু অমা অনী হেক্তা য়াওরম্মী। মীৎয়েং থোরবা ক্রিটিকশিংগী মকমদদি মীৎ নাবা ওইনা থোক্লগনি।

বি: কে:

ভেরা খুরাইজম লৈকাই, ইম্ফাল

তাং ১।৫।২৫

## য়াওরিবশিং

---

## পোথাশঙ

মশাগী মরাল খঙজদে মীওইবনা।

খঙলবস্মু মরাল য়াজনীংদে।

মরাল য়াজনীংলক্লবা মীংকৃপ্তু।

ওইরবনি মহাক মপুগী পোথাশঙ।

১৯৯১, সগোলমাং

## কাঙখল

তুম্‌খুন্‌ তাল্লিবৈ অপোকপীগী পীবুক্‌ংদা

শান্নবন্মী কেকু লোৎপী

অশংবা লম্মাং উপালশিংগীলক্না।

মীৎকপ থোক্লরে ঙসিদি ঐহাক

তাইবঙ্‌গী তাংকা কাঙ্‌খলমুংশিদা।

১৯৯১, সগোলমাং

## খোঙ্‌নেৎশা

খোঙনেৎশানা পুরি নিংথৌবু মনমদা হাপ্তুনা।

নিংথৌনা থক্লি খোঙ্‌নেৎশাগী ঈ।

ঈ কংলবা খোঙ্‌নেৎশানা তুবদা

নিংথৌস্মু য়াওনা তুগনি।

১৯৯১, সগোলমাং

## ইংগিৎ

পনথৈ অমত্তদা শম্নত্রবস্মু অতিয়াগা মালেমগা

চান্না চিন্না চীল্লোক্কৈ কুম্‌গী নোংজুদা থাবলগী অহীংদা।

১৯৯১, সগোলমাং

## নাইতোম তাবা

দ্রৌপদী দ্রৌপদী স্নুক্লাক্ লাক্‌খিদ্রে নঙ্‌দি
মচুগী থাউমৈলক্তা
গুলাব্‌জল্ অমদি লৈমকোন্‌গী
ঈথক্ ঈরাংলক্তা।
ঙাইহুনতা লৈখি লৈকোল্‌গী লৈরাংশিং
নঙ্‌গী থোৎনোবী হক্‌চাংগীদমক্
লৈগী ফম্মুং অমুক্তা ওইজগে খন্না।
ময়াইকাবা য়ুগী পাত্রনা লাঙ্‌তরুনা ঙাইজখি
নঙ্‌গী গুলাব্‌মচুগী চীন্‌বান্‌গা
ঙাথু থেংথুনগে হায়না।
অহুবু কদায় দ্রৌপদী
স্নুক্লাক্ লাক্‌খিদ্রে নঙ্‌দি।
স্নুক্লবা উমং খুদিংদা নঙ্‌না
তুংইন্‌বী ওইরি নপুরোইবা মঙাগী।
নৌরবী খুয়ানা থাঙলি চৈনা
তিংখং তুম্বৌগী, ঈখোং শিন্থরুনা
চোক্‌থরবী হক্‌চাংনা ঈখৌ লাংলি।
করম্না ফংগনি লাইজ ঈরিক্তি?
কনানা পীগনি খোঙ্‌চৎ অসিদা?
থম্মোয়বু মিছি ওম্থোক্‌হন্দুনা
চৎনখি মখোয়্ লম্বীসিদা
নঙগী রাকং তাবীদনা
লাইরৈবাক্তী লম্বী অসিদা।
নঙ্‌গী অমুবী কুচুগী মরুম্‌দা
লোতুনা লৈখি নীংঙমদ্রবা

থৌদোক্কী ব্লারী কয়াদা।
অচুম্বা পাম্জবা পাঙ্গ্‌নি
হায়্নবদাইনে মখোয়সিবু ?
ঐদি কাউদ্রি নীংশিংলি থৌদোক্লুম্ব।
মশাগী অপঙবদগী মশাগী নাপলদগী
উট্কুম্না থক্চখি মখোয়না
খেগায় জল্লনা মশাগী ঈবু।
ফদি ফরানা শাবা
থব্লায় পান্দবা লাইথিবীগুম
নঙ্বু তমথীনা ওং-নৈখি সভাদুদা
মতীক্ মগুণ লৈববা ভীষ্ম, দ্রোন্,
কৃপাচার্য কর্ণনচিংবগী মমাঙ্দা।
শিকারগী শা অমগুম
মিত্তানা য়েংনখি নঙগী হক্চাংবু।
অকাউবগী ফীজং হাইদোক্লনা য়েংউ
উগনি নঙ্না তুমীন্ তুমীন্ কম্মম্বা
নঙ্গী নপুরোইবা মঙানা
থৌনা থোক্লনা, পাণ্ডবা অয়ম্বা
নুংশিং ওইনা।
তুকচৈ মখোয়গী ব্লারী তুকচৈ।
নঙগী মঙ নঙ্গী আশা
নঙগী পুন্সি নঙগী ফিদম
অসি নত্তে অসিদি নত্তে
হে! নাইতোম্ তারবী পঞ্চালিনী।
২৯।১২।৯১
সগোলমাং

## কৱাক

মনীংতম্না পাইজবা কুবাক্পু ফাহ্না
লৈক্লিদা হাপচিল্লি ঈশিং হৈজিল্লি।
অহ্গা খেক্না নোক্ই
মবাল লৈত্রিবা অঙাংন।
মচ্গী মহুম্ থাদোক্লুনা
কবিগীদমক্ পাইনীংলুবা
ফাহরেন্তাগী লবুক হঙাম্ মপালগী ঈথন্ত'।
ঙাইরি মখোয়বু মঙ্কপশিংনা।
অথাপ্পা মন্তম্শিংদা
শারুং মপূং থাজদ্রিবা মচাশিংনা
মচু মচুগী পুশিনা।
মূংখ্রে মথন্তা ঙংলম্বা ঈশৈগী স্থুর
লাঙ তক্করি শিরুম্নর থরায়না
নাঙ্খোক্কনি কৈদৌঙৈ কৈশুম্শঙ্ সিদগী?
লূপ্ফেং লূপ্ফেং তাউবি ঈশিংলক্তা
শাগল তেক্লবা শারুংশিংনা।
মতৌবু উবগা অঙাংশিংনা পেঙ্করি।
কল্লবা লৈক্লিগী ফক্লাংগা
মতীক্ নত্তনা শীংনরিবহু
অঙক্পা কুম্মৈনি মখোয়্গী মফম্দদি।

১১।১২।৯১
সগোলমাং

## লংদাই

অহীংদগী নুংথিল নুংথিলদগী অহীং
লেপ্পা লৈত চৎলি লংদাইসিদা
"তেক্ তেক্ তেক্ তেক্"
ঘরীগী কাটানা।
নোংয়াই চবুক্ লোন্বদা
কোইমা মারকই ঐবু শোক্লদবগী তান্নরক্ই
অশিবগী ঈংলবা খৃৎশানা।
লোৎলি ঐনা ফৈজ্পকী লৈরোল্লুংদা
অসুম্ অসুম্ ফম্জিল্লক্ই হক্চাংগী ঈনা
অমুন্বা উঠৈ কেন্থি।
মরূদগী ময়োন্ চোংলক্ই।
অনৌবা মঠৈনা লৈত্তেংলক্ই নৌনা।
অমম্বগী কুয়োম্নুংদা
মহুম্ হাইরি কুরাক্শিংনা
নোংঙাল্লমদাই য়োরক্পদা
ঐগী কাগী অয়েক্পা লাইশিং
মমি শাম্না ঐবু য়েংলক্ই।
নাশোন্ পীক্লা ঐঙোন্দা রা ঙাঙ্লক্ই।
ফম্মুং নাকল্গী কীন্থরক্লবা মোম্গী হক্চাংগা
অমত্তা ওইখি ঐগী হক্চাংগা।
পূম্চীক্ চীক্খি অত্তিয়াসু মালেমসু।
তাক্খি কোঙ্গোল্শুম্ মঙ্গী ঈপাক্তা
মমি শামিবা খোঞ্জেল্শিং অতুগা শক্তম্শিং
তাইফেৎ তাইরবা অশিবগী চীন্বান্না
ঐবু মুংশিনা চুপ্পক্ই।
মথানুংদা চেৎনা কোল্লক্ই।

২১।১২।৯১, সগোলমাং

## তিল্লাইখোম্বী

তিল্লাইখোম্বী অমনা
মচা ময়াম্ পোক্লক্ই ।
তিল্লাইখোম্বী মচাশিংত্থুনা
চারোল্' শূরোল শন্দোক্ই ।
লৈবক্ কোন্সাং লাম্থোক্লুনা
সহর্গী মচি খূদিংমক্
তিল্লাইখোম্বী মকোন্ ওইরক্ই ।
ওসিদি নোইহৎকদবা খোঙ্
অমত্তসু লৈত্রে ।
হাকচবী চুরবা মীপুম্ খূদিংমক্
ইতন্ তম্ব মমীৎ ইউই উইথ
য়ৈশিন্দুনা লৈনব্রে হুগী চৈনা খাঙ্বদা

জুলাই ১৯৯১,
তেরাকৈথেল

## নোংমা

নোংমা, লৈকোল্‌দা লৈরাং ফুগাইনা শাংখি।
খোইমু খোইরেন্না গুন্ গুন্ ঙংখি।
থাবল্‌গী অহীং কয়াদা
নোংইন্না লৈনা লৈনা পাইখি।
সুক্নাংপী মীনোক্না লৈতেংখি মালেম্।
ঙসিদি কূপখ্রে মৈথু মপৈনা অত্তিয়া।
মহৌশা খোঙ্‌চং কায়্‌রবী মালেম্‌থক্তা
থৈথরি মৈরীকৃশিং লেপ্পুনা
খোয়্‌শাউনরবা মুমিংনা।
অমুবা পদা'শিংনা খল্লি
লাঙ্‌জাশিংনা শেত্তুংপীরবী
যেন্‌বী য়েংাউগী রারী।
চাওখৎপগী অগোই নাপল্লক্তা
থেংজিন থেংজিন্ শিনদোরি—
ঈ তিন্নবা ইয়াম্বা
ঐগী ঈরেমখাক্না মিতম্‌খিবা ইনাউ।
ঐগোয় মশেনমক্তা থেংজিন্ থেংজিন্ শিনদোরি।
অতুনা আশা তৌজবা অতুগী নোংমা
নঙ্‌গী রাবা ওইরক্লে ঙসিদি
মৈশা মূথখিবা মোংফম্‌গী
অকায়্‌বা চফু মচেং।

ডিসেম্বর, ১৯৯১,
সগোলমাং

শংবান্নবা অতিয়াগী ঈপাও।/৭

## নঙোন্দা

অরাবসে লৈরমগন্দ্রবা মুংডাইবা ভাক্তা ওইবমুবা
নঙ্গী নমিং লৈবম্গন্দ্রা মালেম্সিদা ?
রাং চাউববা পুন্সিগী চোক্পলমুংদা
লেপ্লি মীওইবনা নাইতোম্ তানা।
মরূপ্ মপাং মরী মতা
তিন্থি লোইনা উফুল্লক্তা উফুল্ ওইনা।
অহাঙ্বলক্তা অহাঙবা ওইনা।
নঙ্না শেম্বা লৈরীক্ অমগী
পীক্লবা মরীক্ অমত্তংনি ঐথোয ।
স্নুক মমুবা থাশি অহীংগী
ঈচিক্ হুল্লবা অতিয়াদা
মূৎসি মূৎসি থরান্ মৈরানা
কুফেৎ কাফেৎ ইংগিৎ ভোরকৃই
নঙ্ লৈরি হায়্না, নঙ্তনি লেঙ্দবা হায়্না।
আশাসিদা হিংলি ঐথোয়্না।
লৈকংলা অমদগী লৈকংলা অমদা
চৎলি, চৎমন্দুনা হৈজীল্লবা খূন্নাশিংনা।
কদায়দনো অমা নঙ্ লৈরি।
অঙোবা লৈ অমা ফ্গাইনা শাৎলি।

১৯৯১,

তেরা

## থোংনাউ

দং দং দং দং দং....... . .

খোঙ্থা' মখোল্না নিল্লকৃই
কা'সিগী রাংমদা মুমিং চায়্রকপসিদা।
মশক্তি উবা ফংদে মখোল্অংনি তারিবা
খোঙ জোরাশিংতুগী।
অয়ুক্তা যাচঙ্বদা নোংঙাল্লম্কাইদা
চেন্ চাংতুনা শান্নরৈ
কা'সিগী মনুংদা কেকু ফোঙ্লৈ
শাংকাইবক্রবী কয়াগী লৈনম্না।
নীংথিবী লৈকাদি উবা ফংদে।
কা অসিগী মনুংদদি
মিরাং থাক্লি মিনা
ফক্লাংগী চিথেক্ চিথেক্তা
মহুম্ হাইরি তিল্লাইখোম্বীনা।
কাগী থোঙ্স্ন লোল্লি শো মপান্দগী।
পুম্নম্ মম্বমক্তি নত্তে।
থোংনাউ অমত্তংদি পাল্লি
মাইয়োক্লবা ফক্লাংদা
হাংনীংবা মতম্দা হাংবা য়ারি।

৩০।৩।৯২

তেরা

শংবান্নবা অতিয়াগী ঈপাক্তা/৯

## লাই খুৎশাংবী

অহীং ঈচিক্ হুন্‌বদা থামম্বদা
লাই খুৎশাংবীগী শাংলবা মখুৎনা
অস্থুম্ থিংজিল্লকৃই ইমা ইচাগী খাংপোক্তা।
ইমুংগী কাচিন্ কাচিন্দা
কোইচেন্ চেন্দুনা লোংচৈ ঐখোয়্‌না।
ঐখোয়্‌বু মথাম্নুংদা চেৎনা কোন্দুনা
মিক্তন্ চেনগুম্ চেনগাননা
নো' ঙানবা ঙাইরি ইমানা।
ঐখোয়বু ঙাক্‌পী শেন্‌বীরম্বা অপোক্‌পা।
অমদি ঐখোয়গীদমক্ অহীং মীৎশেল
থাঙ্‌খিবা তাউবনা লৈখিদ্রবদা
অস্থুম্ অস্থুম্ ময়াই কাররক্লে
ঈ পাম্লবা খুৎশাশিংসে।
ইমাগী মথাদগী শেত্তুনা চিংথোক্‌খিবা
ইনাউ মশীং য়াম্লক্লে।
ইমাংমক্তদা শেৎ-শেত্তুনা চাখিবনি
তমথীরবা খুত্তুনা।
ইমানা ঙাইরি ঐখোয়না পাঙ্গল্ চাউরকপা।
ঐখোয়না ঙাইরি থাঙ্‌শাং খুত্তা পায়তুনা
লাই খুৎশাংবীগী মখুৎ ককৃথৎপা।
অনৌবা পুন্সিগী লামাই অমা হাংদোক্‌পা।

৮।৮।৯২
সিটি হোস্‌পিটাল

শংবান্নবা অখিয়াগী ঈপাক্ত'/১০

## ঈশিং

স্নুপীশিংনা ঈশিংদু হন্নাওনা
শোক্তুনা পুনখি।
মখোয় খবনা খঙই
খবনা খঙদে--
কোঞ্জিলদু মোংলে।
ঈশিংসু মোংলে।
অসুম্না ঈশিং হাপ্পা চফুশিংসু
নোংমা নোংমগী মোংশিল্লকই।
কবিগুম্বা মতম্দা ঈশিং লাক্তবদা
স্নুপীশিংনা কোঞ্জিলদু মচীন্না চুপ্পী।
ঈশিং থোরক্লবদা হন্নাওনা
মাগী মাগী চফুশিংদু য়াথুনা চংনখি।
তম্থীবা লাইনাগী মহীক্না
ঈশিংদুদা মহুম্ শাজিল্লক্রে
অদুবু খঙনা খঙনা থক্লরি মখোয়।

২।৮।৯২

তেরা

## শংবান্নবা অতিয়াগী ঈপাক্তা

ঐগী মরমদ্দা নঙ্না কয়ারক্ লাউগ্রে
ঈশৈ শক্খ্রে জগোয়্ শাগ্রে
লাই কয়াস্থ য়েক্খ্রে।
ঙসি ওরাংতগী নক্তে, লাংওল্ কয়া হৌগ্রবনি।
অহুবু করিনো অমদি রাংলি
নঙ্গী শৈহেক্তা শাথেক্তা, য়েক্লবা মচুগী মরক্তা।
ঐহাক্ হিংলি নঙ্না পীবীবা
মিংথোলসি লৌহুনা ঙসিস্থ
উচেক্ রায়া হৈপাল লৈপাল শিংগীলক্তা
অরা ঙংঙাই শরুক্ লোরহুনা।
শংবান্নবা অতিয়াদা শাথপ্ তোয়রিবা
চেন্না শঙ্গুলক্তা, মখোয়গী শৈশক্তা
শরুক্ য়ারি ঐগী থম্মোয়স্থ।
লিরিবা মালংগী শহুমদ্দা
কেথ নৌথ হাইরি ঐহাক্স্থ
ফ্গাইরবী লৈরাংশিংনা তৌবগুম্।
চুম্মী নঙ্না হায়্বা
নোংখী নোংমংবী অতিয়াসিনা চুপ্শিল্লি মঙাল্গী শরুক্।
শক্লোন্ পুবী মহাক্কী ঈথক্ ঈপোম্নক্তা
কেকু লোংপী শান্নরি ঐহাক্তা
মমি শামি মমি শামি।
ঙাইরি নঙ্না ফোঙ্লক্পা অচুম্বা পাউখোঙ।
মতমচুদা অমত্তা ওইগনি নঙ্ অমদি ঐ
তঙ্ক তঙ্কবা শংবান্নবা অতিয়াগী ঈপাক্তা।

২২।২।৯২, তেরা

## চোকপল্

ব্রাং চাউনা অউবশিংগী মীৎয়েং
চিংশিল্লিবা দলান্দু য়েংই ঐনা।
হাংদোক্লবা থোঙ্নাউদু লাম্বোকুন্না
কা মমুংগী ফক্লাংদা থেংপা লাইশিং
লৈতেংশিং পর্দাগী লৈরোংশিংদু য়েংহল্লা
মঙ্ মঙ্লি
নোংমদি ঐসু অসিগুম্বা য়ুম্ অমা
শাগে হায়্না।
পীক্লিনী ইচানা য়েংই
দলান্গী রেলিংদা চোং কল্লা শাম্নরিবা
শেঙ্গ্রাং মচাদু।
মহাক্লা চেক্ চাক্ থোংবদু
মনা থাঙ্গতুনা তারি।
ময়েক্ ম্লাওদবা ব্রাইনা
উচেকুগা ব্রারী শাম্নরি।
অপীকৃপা থম্মোয়্ অনী শাম্নমিল্লরি
ব্রাং চাউরবা দলান্দুনা য়েংই
মঙোন্দগী হেল্লা থাক্ ব্রাংলবা
দলান্ অমদা মিতাজনা।
তাদে মহাক্লা অপীকৃপা উচেকী ঊশৈ
পীক্লিবী ইচানা লোন্বা মরোল্
ঐসু খঙ্বা ঙম্দে।

২৫।১০।৯২
তেরাকৈথেল

## ইমিগা ঐগা

করি করিগুম্বদা ঐনা খল্লকই
কাঁসি থাদোক্নুনা অমুক্তা চংকে
য়েন্নীংথাগী অয়ুক্তা
কোইপাই পাইরিবা কুয়াক্‌শিংগুম।
লম্বাংদা অমদি লৈকোল্‌দা
চেন্‌ চোংহুনা শান্নীংখি
লম্‌জাউ মালংনা তৌবগুম্‌।
ইখোঙ্‌ অনীসি লেঙ্‌বা ইয়া য়াদে।
ফক্লাংদা তারিবা ইমিনা হায়রকই—
"নঙ ঐ থানরক্তে অম্মুক্‌ কুইবসি।
নঙ্‌না নোক্‌পদা কপ্পদা
অচুম্বা তৌবদা অরান্‌বা তৌবদা
ঐস্মু শরুক্‌ য়াহুনা লাক্লি।
ঐবু থাদোক্লম্‌গনু।
ঐবু থাদোক্লম্‌গনু।"
অহুগা ঐগী ফীজি পায়্‌হুনা
মনাক্তা অস্সুম্‌ চিংশিল্লি।
মমৈথঙ্‌দা থোঙ্‌ লোন্সিল্লবা
কা অসিগী ফক্লাংদা
ইমিগা অমত্তা ওইনা
হেক্‌ হেক্‌ তিন্সিন্নখি ঐগী হক্‌চাংস্সু

২৪।১১।৯২
সিটি হোসপিটাল

শংবান্নবা অতিয়াগী ঊপাক্তা/১০

## তাঙ্গোই

লৈয়ীতুগী ৱাংমা লাম্থোক্লবদা
লেপ্লম্মী চাক্লীবগী ফীজোল থাদোকুনা দশানন্
অমোংপা লম্চোন্বা থৃংনা
মোংহনখি শেংলবী জানকিগী হকচাং।
ইতিহাস্কী য়ুম্বীদম্ম হক্তুনা থম্লি থাংকম্।
অচুম্বা থাজনবু তান্নজক্লবা থম্মোয়—
চাক্খ্রে কয়ারক্ মশীং নাইদ নঙদি
মেরানবী ওইনা তাংকী মৈরীম্নুংদা।
তাঙ্গাইমক্তুনা থল্লক্লে ঙসিগী তাইবঙ।
হায়য়ু সীতা কয়ারক্ হন্না মৈ ইক্খিনি
নঙগী হকচাংবু
পুক্চেল চেংলবা নবুংঙো রামচন্দ্রনা?
ঈংলবা সর্গুগী তম্পাক্তা চোংথতুনা
কয়ারক্ হন্না অৱা-মৈচাক্ থাঙখিগদগে
মহাক্না?

১৯।২।৯২,
তেরাকৈথেল

## নুংগা লৈগা

১

লৈগী থোং নৌবনা নুংবু
কৈদৌঙ্গুংদা থোংহনবা ঙম্‌দে।
নুংগী কন্তা কল্লেংনরবা মরম্‌চংনদি
লৈবু খুদম্ মাঙহনবা ঙম্মী।
অতুননি ঐনা চৈনা ফংলকপা মীৎকুপ্তা
লৈগী মপোক্ থাদোক্নুনা
নুং ওইনা পোক্লাংলক্লিবা।

২

নুংগা নুংগা থেংগাইনরগা
মৈশা অমদি মৈরী থোকই।
হেন্না কন্না থেংগাইনরগা
মচেং তাত্নুনা অনীমক্ কায়্।
নক্লবা য়াদে নুং অনী
লৈথোক্ অমদা লৈরাং অনী
কেথ নৌথ শাৎমিন্নরম্বা
থম্মোয়্‌গী মৈশা কোক্ই
খুৎহৈবা নঙ্‌বু নীংশিংহল্লি।

২১।৯।৯২

সিটি হোস্‌পিটাল

## চফু মচেৎ

মোংফম্‌দা চফু মচেৎশিং তারি।
মোংফম্‌তু ইচাই চাইরি।
হুগিৎ থর লৈরগা
চফু অমসু য়াল্লে মোংফম্‌তুমক্তদা।
অসুম্না চফু্‌ কয়া শিন্‌খ্রে।
মী চীক্‌পদা নোংঙাল্লমদাইদা
চফু মচেৎশিংতুনা রারী শান্নে—
"ঐখোয়্‌না আশা তৌরক্‌পদি মসি নত্তে।
মসিদি সুক্‌নং নত্তে।
য়ুমগী কাচিন্‌ অমদা ইশাইফ,
ওইনা খিঞ্জনীংই।
ঈখৌ লাংবশিংগী
খৌরাংবা কোক্‌হঞ্জনীংই।
অহুবু করম্না ফীভম্‌সি ওইরক্লিবা?"
মুরুম্‌ মুরুম্‌ শোন্নরক্‌ই।
কনানসু তাদে রারীহু
মোংফম্‌তুতংদি মুংশাখর পীক্না হোন্দুনা তাবি।

২।৪।৯২

তেরাকৈথেল

## নোংথাং

নঙ্গী রাখল্ লাক্পদা
নঙ্বু নীংশিংলক্পদা
মপাল্ নাইত্রবা মুংঙাইবা ফংই ঐহাক্না
মপোক্সিগীদমক্ চাউথোক্চবক্ই।
অতুবু করিগীনো নঙ্না কেকু লোংলিবা
স্নক্ক অহীংদা অমম্বগী সমুদ্রদা?
নোংথাংগী শাথেক্তা কুফেং কাফেং ঙালহল্লম্বগা
নঙ্না মাঙ্খিবা মীৎকুপ্তু
ওইহৌই ঐগী থম্মোয়্সু
শোঙ্লবা নারক্
মহু পুবশিংগী য়ারেক্ফম্।

২৮।১।৯৩
তেরাকৈথেল

শংবান্নবা অতিয়াগী ঈপাক্তা/১৮

## লম্মাংনবা

অতিয়াদা পাইরি উচেকৃশিংনা শঙ্গু শঙ্গু
কাইদোংফম্ খঙ্দনা কোইঙাওননা।
নত্তে অহুঙৈগী শংবাপ্পবা অতিয়া,
হৈনম লৈনমগী মালং।
মৈখূলক্তনি মখোয়্না পাইরিবা।
ঈহিং নাইহিংলক্তনি
মখোয়্না শ্বর তোল্লিবা।
মালেমথক্কা হৌরি মৈগী কোম্শিং।
তম্থীবা প্রলয়্গী মুংশিং শীংলি।
অহীংবশিংগী ঈখেংনা চুরি নোং।
অহুঙৈগী ঈং তপ্লবী থৌজাল্ হৈরবী
পৃথিবী নত্তে ঙসি লৈরিবা।
ঈ চৃম্লগী পেয়াইদ্রবী ভৈরবীনি।
উপাল রাপাল্ খূদিংমু লেপ্কং কংলে।
নোংমা মহৈ মরোংগী মঙ্ মঙ্লম্বা
নাকেন্থাগী থম্মোয্ কায়্রবা শক্তম্ অসি
মঙ ফাওনহনখিদ্রে মখোয়্গী মঙ লান্মু।
অতুব্ ঙসিমু পাইরি অতিয়াদদি
মতম্ লৈজদ্রবা উচেকৃশিংনা।
চোক্থরবা মমিং মচাশিংনা
লাঙ তক্লনা য়েংনহুনা।
মঙাল অমত্তুংবু ঙাইরহুনা
অমম্বা মৈখূলকৃসিদা।

১৪। ২। ৯৩
তেরাকৈথেল

## মোংফম্ অমদি থাবল্

ঈংলবা থাবল্দা লৈবাংনা ফুগাইনা শাৎলি।
থরায় পান্‌বশিংনা হবাওজবি।
অতুবু মোংফম্‌দদি ফাওদে
থাবল্গী সুম্ফাংপা।
মীচং মীখাই নাইদবী মরম্‌চং
পীশকুই থাজনা ঈংলবী মঙাল্
মৈশা মুথত্রিবা মোংফম্‌থক্তা
হন্না হন্না হোৎনবকুই
তম্‌খীবা থম্মোয়্‌বু মশক্ হোংহন্‌গে।

১৯।১।৯৫, তেরাকৈথেল

## থম্মোয়্

পীক্লবা শদোংগী থম্মোয়্‌না
পীবি ঈচেল অহীংবা হক্‌চাংদা।
অহীংবা হক্‌চাংনা চাউথোক্‌চে
অতোপ্পগী মাঙ্‌নবা শীল্লগা,
মহাক্ হিংলি উৎনবা হোৎনবদা।
লোত্তুনা লৈরি থবাক্কী শরূ পোল্লাংলুংদা
থোৎ নৌরবা থম্মোয়্‌না
অতোপ্পগী য়াইফনবতা থন্দুনা
পোথাবা য়াওদনা
কনাদস্তু মশক্ তাক্‌থোক্তনা।

২০।১।৯৩, কৈশাম্পাৎ

## লুখাক্কোম্

লুখাক্লানা অহান্বা মতম্পাক্তা
তারক্পদা
লুখাক্কোম্না হীক্লা কপ্.চৈ মপুন্সিগীদমক্
অসুম্ লেপ্তু লুখাক্ চগুম্ তারক্লগদি
মোমোন্ নোক্চবা ঙম্নকুই মহাক্
মগাকী মপোকীদমক্।

২০ । ১ । ৯৩
কেশাম্পাং

## ফক্লাং

পীক্লিবী ইচানা মোমোন্ নোক্চৈ মঙ্.লান্দা
থরান্ লৈবাক্তা কোয়্.না শান্নরুনা।
ঐনা নোকই তাইবঙ্.দা
খোঙ্.শাদা লীক্লি মচেৎশিংনা
যাৎখিবগী ঈথেং শিন্থরুনা।

২০ । ১ । ৯৩
কৈশাম্পাং

## লোয়োক্কবা

নঙ্গী নখুত্তা থাউমৈ
অত্থুগা ঐগীনা অমম্বা কা।
মঙালথু খিত্তা পীয়ু ঐঙোন্দা
কৈদৌবগে ?
ও ও তাররোই নহাক্ খঙলরোই।
নঙ্ ঐদি লোন্ খঙনখিদবা কুইরে।

১৬। ১। ৯৩

তেরাকৈথেল

## শীংনবা

পীনবা তোংনবি মঙাল্
থাশিগী অহীংদা পীক্ল তন্দন্না।
য়োংশিন্খি পীক্ল মঙাল্গী ঈথক্
অহীংগী সমুদ্রনা নিংঙাইদনা।
নাম্থোরকুই লোন্না স্থঙ্কাংপী লৈনম্
কেকু লোংলিবী থাবল্লৈদগী
শন্দোরকুই তাংথক্ নাইদ
ঈপোম্নক্তা অমম্বগী।

১৬। ১। ৯৩

তেরাকৈথেল

## মৈখেৎ উপুগী দলান্

থুঙংগী লম্বীদা অভাংশিংনা
শাগৎলি মৈখেৎ উপুগী দলান্শিং
মুংশা মরক্তা
নাম্থোরক্পা শংজদনা
চুবাগী থমাং ঈরিক্ফাওবা।
য়াচঙ্বদা চেন্নরক্‌ই ঙাওনা ফৈনা
সন্গোন য়োনীংবনা লাঙ্‌জরুয় সন্শিংনা।
শিংকুপ্ শানা নেংথাইরম্মী
মৈখেৎ উপুগী দলান্শিংবু।
পীক্ল অংাংশিংনা য়েংজরি
থুংশাশ্বর থিংজনা
শক্ফম পুন্ন মৈখেৎ উপুশিংচু।

১৬।১।১০

তেরাকৈথেল

## মঙাল্

থাজগী থাবল্বু খুৎনা শোক্পা ফংবরা?
লৈরাংগী লৈনম্বু ইপাদা কোন্বা য়াবরা!
নঙ্বু ফংলে নীংলুবা
নঙ্দি লাপ্না লৈরম্মী।
মঙাল্নি থন্না ঙাওরুবা
অহীংগী অমম্বা ওইরম্মী।

২৬।১।৯৩

তেরাকৈথেল

## মীত্তাংবা

অমম্বা মরক্তা মীৎ পাঙ্‌বগী কান্নবা লৈত্তে
অতুননি ঐনা মীৎ চেৎনা উইশিল্লিবা।
মঙাল ফংনীংবনা লাঙ্‌তক্করুবা
কবিবু কান্নরুবা উবা ফংত্রবা ঐনা ?
অমুবা পর্দানা ময়োল্‌ মবোল্‌ খনখিবনা
ঐগী মীৎলমদা
কুইরে উবা ফংলক্কনা
মঙাল অতুগা লৈবাংশিং।

১৬।১।৯৩

তেরাকৈথেল

## মীৎয়েং

লৈঙোতগী ঈপাক্তা থিনগৎলক্‌ই
তনৌ তনৌ লৈযোন্‌ অমথক্‌।
কল্লবা মৈশা তেম্‌শীংনরক্‌ই
থোৎ নৌরবী লৈকানা।
পুন্সিগী থ্‌ৃপ্পবা মযেক্‌ কযা
কেকু লোৎলি
তিংখং পানবী লৈখোক্তা।

২৮।১।৯৩

তেরাকৈথেল

## মালিকা

নঙ্গী তম্থীবা থম্মোয়গী অথাবা উল্লেন্
অথাক্ অরাউগী নোংজু
হৈথরগা ইথক্সিদা
ঐবু মাইথীবা পীরে থন্দুনা
পেল্লিবরা নঙনা ?
অরান্বনি নঙ্গী রাখল্হু।
ওইরম্লবা নঙ্না
য়েন্নীংথাগী হৈনৌ মপাল্ মনম্ পুবা মালংবা
হাৎনরমগনি ঐগী লৈনম্বুসু
হুদুনা পুগে হাথনা।
ঐগী ফৌজি ফীনাদা ভাপ্থ থেংশুনা
নুংশি চৌরোল তৌরমগনি।
খঙগনি মংমতুদা
থম্মোয়্সে কয়াদা খোং নৌপ্রবা !
ঐদি মালিকানি—
থাশিগী অহাংদম্
লৈকা ফয়া শাৎচবী।
রাক্চৌংগী উনথাক্তম্
নাচুংদনা লেঞ্জবী।
ঐগী থম্মোয়্গী শুর
ঐগী পুন্সিগী শৈরোল
নঙনদি করম্ খঙগনি ?

২১।১।৯৩

তেরাকৈথেল

## খোঙ্লোই

লম্বীসিদা ওসিস্নু থেংনররে ইবান্নি
মমাংঙৈগী মতোগুম্ ।
অত্থবু তক্ষম্ থোক্তবা করিনো অমদি
য়্বাংলি ঐখোয়'নীগী মরক্তা ।
থৌত্থু নুং ওনগ্রবা থম্মোয়্শিংনা
হন্না হন্না তেম্শীংনরকই
লৈরাং ওইনা শাংকে হায়্না
ঈংল থাবল্না শোকপদা ।
মতম্ অমা ওইবন্মী ঐখোয়্
অমনা ঈপাক্ অত্থগা অমনা হিরোই
তংন থানডমগ্রবা খোঙ্লোই ।
ওসিদি নাইতোম্ লেপ্লররে
শকখঙ্দবা ঈথং অসিদা
মচেক্ পান্বা শকখঙ নদনা নুংশিং ওইনা

১১ । ২ ৯৩

তেরাকৈথেল

## মরুভুমী

থোংলবা থম্মোয়্গী চৈনা
খঙ্বীদে মৈশা পুবা লৈঙোইনা।
অকন্বা নোংলৈগী চৈথেং ফংবদা
ঙাওনা ফৈনা লান্দারকৃই
তনৌবী লৈকাদা।
অতুনসু পেন্নত্তুনা য়োংশিন্খি
করাম্ চাউবা খয়াংল্লংদা
পৃরুীং স্নদ্ধংপী শক্তম্
মচেং অমত্তসু উহন্দনা।
অত্তুগা পেন্না নোকৃই মরুভুমীনা
নীংবা থুংলে হায়তুনা'।

১৮। ১। ৯৩

তেরাকৈথেল

## তিংখং

লম্বীসিদা চৎলি ঐখোয অহুম্।
ইপুরোইবা ঐহাক্ অতুগা ইচা
চৎলি ঐখোয় পন্থুংফম্ তান্না
তিংখং অমদি লৈঙোইগী লম্বীসিদা।
ঐখোয়গী মীত্তা লৈচৌল মপৈ মপৈনা
কুপশিল্লকুপা মীৎকুপ মীৎকুপ্পা
ওইনরকুই অমনা অমগী মফমদা
লম্লানবা।
মরূপ যেরুবা
যেরুবা মরূপ
তোঙান তোঙানবা মাইখুম্ উল্লহনা
লাং থাক্লি মায় মরিচিকানা।
লৌনম্ লাংনা কুপ্শ্রবা তাইবংপানসিদা
কনানা কনাগী লেঙদবা মরূপ্লো?
কনাগী আশাদা থাগনি ঐখোয়না
তনৌবী লৈপালশিং
লৈকংলা অসিগী থবাক্তা?
শাৎলোই খক্ অতোবা লৈ অহুদি।
তিংখং পান্বী কেক্কুস্কী
তিংখংগী চৈনা নত্তনা
ঐখোয়না কবি ফংগনি?

৩০।১।৯৩
তেরাকৈথেল

## মীহাৎপুং

লেবোবেটবীগী টেষ্ট ট্রাবতা শুংবা
থরায়্ পান্‌বা হক্‌চাংশিংনা
মালেম্‌থক্তা কোয়্‌চৎ চৎলি।
মখোয়্‌না অমগা অমগা হাত্তোক্কবি।
অতোপ্পগী মাঙ্‌নবা শীল্লগা পেল্লি।
লান্‌গী মৈ চুখৎলি।
অসুম্না ওইহল্লবা হোৎনবি
পৃথিবীবু মীহাৎপুং।

২২।২।৯৩

তেরাকৈথেল

## লক্ষ্মী

১

লৈঙোইগী ফুরা শারুবা
হুম্‌দোক্‌খি অঙাওবা নোংলৈনা।
তাম্‌হৌব' খোঙ্গুল্‌ য়েংলিংই
মুমিংনা তাখিবা খঙ্‌হৌদে।

২

অপীক্‌পা অঙাংনা খূত্তুম্‌ শীংনা লাকৃই
অশিববু মায়্‌থিবা পীরগে হায়্‌ত্তুনা।
মপুন্সি লোইবদা চঙ্‌ই তন্দে মান্দে
নীংজবা কায়্‌ত্তুনা মোংফম্‌গী লক্ষ্মীদা।

৩০ । ১ । ৯৩

তেরাকৈথেল

## ঐগী ঈশৈ

করিগুম্মদা শল্লকই
কবিবু কান্নক্লনি
নাপঙ্বা নঙ্গী নফম্দা
হন্না হন্না ঈশৈশে শক্লুবগী ঐহাক্লা।
ঐস্মু ত্থায় নঙ্না ঐবু কবেম্মবক্পা
অথীবা ব্রাহৈনা চৈবক্পা।
অতুবু শক্তবা য়াদে ঐদি ঈশৈসে
মোংফম্ ওন্গদবগী ঙাইরিবা
নঙ্গী থম্মোয়গীদমক্ য়েংতুনা।
লৈকংলা ওনগদবগী ঙাইরিবা
ঐগী পুন্সিগীদমক্ য়েংতুনা।

৩১।৩।৯৩
তেরাকৈথেল

শংবান্নবা অতিয়াগী ঈপাক্না/৩১

## চৈথেং

ঐনা অঙাং ওইরিঙৈ
লুহোংবী শান্নখি মরূপ্ শিংগা।
খ্বাংদা উরী পুন্সিল্লগা
চাদর্না কোয়্না য়েপ্শিন্দুনা
কোক্তা লম্শম্পকপী থেংচিন্দুনা
লুহোংগদৌরিবী কন্যা শাখি।
শম্বল্লে মপাল্ খুবাম্ থন্না পায়দুনা
চাইথখি ঐগী বরগী কোক্থক্তা।
মথোং কারক্তৈ লাঙতক্লখি
কৈদৌঙৈ লাক্কনি ঐগী বর?
অম্মুন্না য়ৌশিল্লক্খি লুহোংবা গুম্বিং
লাক্খি নঙ্গী ননাক্তা
পোংলোই পোম্বান্ লৈতেংদুনা
কোক্তা কুরাক্ তোংহন্দুনা, ঝাপা হাপ্তুনা
খুত্তা তান্ শিন্দুনা
ইশা পুম্বা লংস্নুংনা ফাজ্জীন্দুনা।
ওইহনখি নঙগী লাইথিবী।
থরায় হক্চাং অনীমক্
কুন্দো পরেংনা য়েংশিন্দুনা
ওইহন্খি নঙ্গী বন্দীনী।
নখা পোন্বী ওইজবদা
কয়াদা পুক্লীংনা পেঞ্জরিবা'
অতুবু করি করিগুম্বদা
মূনা মূনা য়েংলক্ই ঐহাক্পু
অশংবা লম্থাংনা

তারম্দাই হুমিংকী মশেক্না
অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সিনা
খূৎ হত্তুনা কৌরকূই।

৫।৪।৯৩

তেরাকৈথেল

শংবান্নবা অতিয়াগী ঈপাক্তা/৩৩

## মশান্না

খুঙ্গংগী অঙাংশিংনা শান্নৈ চেন্ চোংনা
অশংবা লম্ফাংদা চীংয়াদা
অত্থুগা পাৎয়াদা অমাং কোইরৈ শান্নরি
মশাদা মফি থোংদনা।
সহর্গী অঙাংশিংনা শান্নৈ
ফেক্তরিগী ইঞ্জিন্গী মৈখুলক্তা।
মীয়াম্গী মহীক্ চেন্বা নুংশাশ্বলক্না।
মখোয়না নোক্নৈ
মশাদা মফি থোংদবা অঙাংশিংবু উরগা।
নোংমা নোংমগী শোক্চিল্লকই
মখোয়গী মশা।
অত্থুবু নাচুংদনা শান্নবি
মখল্ মখল্গী সহরগী মশান্না।
অস্থুন্না মখোয় শরেপ ফারকই
থবোক্নীদা কেন্সরগী মহীক্না
মহুম্ শারত্থুনা।

৫।৪।৯৩
তেরাকৈথেল

শংবান্নবা অত্তিয়াগী উপাক্তা/৩৪

## অহীংবগী ৱাকৎ

।। টিং টিং টিং ।।

খোঙ্জেল্সিগা লোয়্ননা খাম্নে
ওটো বিক্রোহ্
চিকন্ সোপ্তুগী মমাঙ্দা।
জালিনা থাজিন্বা উপুগী কাখল্শিংদগী
তফিং তফিং য়েংথোক্লরক্ই
মচীঞ্জাক্ চারম্বা য়েনশিংহু।
ওটোরিক্রোহ্ ক্রক্ ক্রক্ ইন্নবা
য়েন ময়াম্ পুবক্লি।
ক্রেক্ ক্রাক্ খোংলি ইঙক্ ঙক্লা।
যেন্সা শেম্বহু ফন্সাগী নুং থাঙ্গত্তুনা
শদোং ময়াম খল ঙম্লি
মমায় মমিৎ ইখেং ইহৈ তৈরহুনা।
মমাংমক্তদা মখোয়্গুম্বা কয়াগী
মঙক্ লৈথেক্প্রবনি।
মতু ফোয়দংপ্রবনি।
ৱা লেম্পতা মশা চাক্থেক্হন্প্রবনি।
অহুগা মকক্ মকক্ কক্প্রবনি।
অহুনা হৈনরে কৈস্থু থৌশারুদবে
জালি মনুংগী য়েন্শিংহুদি।
খরনা উইরি খরনা মচীঞ্জাক্ চারি।
খরনা মখোয়্ মশেন্ চীক্লরি
শিগনি হায়্বগীস্থু নাচুংদনা।
মখোয়গী মপোক্কীদমক্স্থু নাচুংদনা।
অনৌবা থুংলবা য়েন্শিংহুনা

লাউ খোংলি চোং ফল্লি
মখোয়্বু থাদোক্পীনবা।
মনীং তঙ্কান্বীনবা।
অহুবু য়েন্শা শেম্বহু খোশাদে।
মখোয়্বু য়েংহুনা নোক্লি।
ওন্থোক্ক তম্থীবা মীনোক্তা।

২৪।৩।৯৩

তেরাকৈথেল

## মীনোক্ অমত্তং

লম্বীসিদা ঐখোয়্না চংলি
থম্মোয়্দা মৈগী চীং অমমম্ ফুম্নরদুনা
চীন্‌বান্দা মোমোম্ নোক্করদুনা।
অমুক্তা হায়্‌যু মরূপ্
মীনোক্‌সিবু তশেংনা অপেন্‌বগীরা
তশেংনা হুংডাইবগীবা ?
নঙ হাযবা ঙম্লোই।
ঐস্লু ঙম্দে
পুন্সিগী মীৎকপ থৃদিং
খোঙথাং থৃদিং
পাথোক্লদবগী ঙাইরি
লোক্ লোক্ শৌববা লাম্ভানা
থম্মোংগী লৈবোলশিং চেৎথাইহন্দুনা।
লাক্ল ফানঙমদ কাপ থোরক্লবদা
মঙীদুনা মেগী চীং অসিগী
মাঙথ্রগনি নঙ ঐ।
অদুগ শংবান্নবী ঐখোযগী পৃথিবী।
মহাক্কী শমৃদ্ধিগী বোকুল্ লৈরাংশিং
নাম্নদা শৈশল্লন্বা খোইমু খোইনীং
ঙম্নমক উৎ ওন্থ্রগনি।
হরাও অমমম্ লৈনরবা ঙাক্কনি
নঙস্লু ঐস্লু।
অমনা অমগী মাঙনবা শীন্‌বগী
ইশাগী ওইজবা তান্‌বগী অচাউরমগী।
লংজরবা ঙাক্কনি ঐখোয্।

শংবান্নব অর্চনাগী ঈপাক্কা/৬৭

অত্থনা মৈগী চীং অসিনা পোক্‌খাইর কৃত্রিমৈ।
ইবাল্‌ য়াজত্থনা লেপ্লসি ঐখোয়্‌
ঐখোয়্‌ ঐখোয়্‌গী লম্বীদা।
য়েংউ অনৌবা মুমিংনা
তরং তবং তন্দোরক্লে।
লৈরাংশিং শাংকাইরক্লে।
হোংবা লৈংবা ওসিস্ম মতৌশাগী শক্তম
হোংলিবা হায়্‌ববু নঙ ঐতনি।
ইতিহাস্‌কী লৈরোল্‌ লৈরোলদা
হক্তুনা লৈরিবা হায়ববু
ঐখোয়গী অকাম্বা লম্‌চৎকী ব্রারীদনি।
শেংলবা মালেম্ব নরক্‌ ওল্‌হনবা।
ইশাগী ইঙক্তা ইশানা কবাক্‌থাও থাজবা
অওক্‌পা তম্‌থীবা ৬ীবনি ঐখোয়।
অয়োইবা পুংফম্‌ অসিদদি
ইরাল্‌ য়াজবা নত্তনা করি লৈরি ঐখোয়্‌গী?
মতম্‌হুদত্তা ফংগনি
অশেংবা খোইরুম্‌ মীনোক্কী মহাউ।

৬।৭।৯০

ত্বেয়াকৈথেল

## নুংগী য়ারী

কয়াম কুইগ্রবা মতম্‌দগীনো
খঙ্‌হৌদনা মীওইবনা
মখোয়গী থম্মোয়্‌দা
নুংগী শরুক্‌ হাপ্‌চিনখি।
অস্নুম্‌ অস্নুম তপ্পা তপ্পা
মখোয়গী থম্মোয়্‌গী মশক্‌ ওন্থোক্লকখি।
নুংগী শক্তম্‌ ওইরকখি।
নুং ওল্লবা থম্মোয় শিং
তম্‌থীনা লান্সীংনরকই।
অকায়্‌বা নুং মচেত্তনা
মালেম্‌থক্তা চাইরকই।
থুংশিনদবগী হাংন সুনবগী
লম্মেনা য়্রায়্‌রবী
শক্‌ফম্‌ কায়রবা পৃথিবী
তুম্পক্‌ তাশিল্লহনা
সুংশাখর পীক্লা হোল্লি
নোংমা নোংমগী
মহাক্কী থবাক্তা
মচাশিংগী মোংফম্‌ ওইরক্লবদা।

১৯।৪।৯৩

তেরাকৈথেল

## খোঙ চৎসিগীদমক্

পীবুরু ংগী নাৱানা
চোং ফন্না পাউমেল্লকৈ -
"কবম্বা মতমদা ঐহাক্
অমম্বগী লৈবোলসি থাদোক্লুনা
মঙালগী ঈপাক্তা শাররুবা ফংগনি
ইমা নঙগী হুম্পাক্তা?"
ঐনা খুম্মী—
"ইকুই কুইদনা নহাক্ লাক্লনি ঐগী মীৎমাংদা।
থোংলবা নচীন্ লূববা নমীত্তা
আশাগী লৈরাং চাবোংশিং
ফুগাইনা শাংপগী মমিনা শীল্লনি।
ইমাগী মিন্নুংশি ফীজংখাদা
কেথ নৌথ শাংলনি
লৈরাং ওইনা নঙনা।
অদুবু নঙবু ডাইবিবা
গদনবা অযুক্কী অতিযাসিগী
মথান্নুংদা
অমংবা নোংগী মপৈস্ত যাওবি।
থাবল ফবী অতীংসিগী লৈরোলম্নুংদা
লোক্লুনা লৈবি হু পুবা
নোংলৈ নুংশিংকী অহীংস্ত
অদুনা নহাক্
শেম্ শারকপা ভাই
খোঙচৎসিগীদমক্।"
৩০। ৬। ১৩, টিঃ বিঃ হোসপিটাল, চৌংমৈরোং

শংবান্নবা অসিংমাগী উপাত্ত ১/৪০

## লান্‌শীংনবা

মতম্‌ অমা ওইরম্মী
মমা ওইবী ঐগী ভম্পাক্‌
ইচা অনীগী চেন্‌ চোংনা শান্নকম্‌
শংবান্ননা লম্মাং।
ওসিদি ওইবরে
নখোয়গী লানশীংনফম্‌।
ময়াম্গনা চোংশিল্লি
কবোকৈগী শক্তম্‌ লাংথুনা
হুপ্পৌ হানৌভবু পাম্জবা
মনাউমুপাগী মফমদা
ঈখেং পাম্না লীচংনা।
অম্মুম্না মোংহল্লক্লে
ফীজি ফীনা ঐহাক্কী
অঙাওবা ঈতনা মচু শঙলক্লে
নোংমা নোংমগী নোংমা নোংমগী

৩০।৬।৯৩
টিঃ বিঃ হোসপিটাল, চীংমৈরোং

## শকৃয়েং মিংশেল্

নশাগী অশেংবা শকম্বু পামজত্রহুনা
নোংমা নঙনা থুগাইখি
নমাঙদা লৈরিবা শকৃযেং মিংশেলসিবু
মচেং কযা থোক্লি।।

ঙসিদি অয়ুক্ মপূম্ ওইনা
শাগৎপদা রারগদব মচেৎশিংসি
অমমম্তা ওইনা খুনগত্তুনা য়েংলি
মচোই মচোইনৱবা নঙ্গী
মাইথোংগী শরূকৃশিংবু।
অহুগা শেম্ শাার
মাঙ্ৱবা নঙগী শক্তম্হুবু
লাকৃশিনগে হায্না অয়ুক্।

৩০ ৬। ৯৩

টিঃ বিঃ হোসপিটাল, চীংমৈরোং

## মৈরান্বী

পাক্ শন্না মণাল পীরিবা মৈরীদা
মৈরান্বীশিংনা চোংশিল্লি।
লিবি লিরিবা মুংশিংকী সহুম্দা
হাই হুম্না চাক্লিবা মৈবীহুদা
মখোয়গী মোংফম্ ওইরি
মৈবীহুগী অকোযবদা কেমহুনা হারি
তাঙ্গোই ওল্লবা মৈরান্বী চবুন্ চবুন্।
লেপ্তুনা পাউখো' চল্লক্লি।
অহুবু থৌশাদে
মতীক্ মঙল্ উংনবহুনা
পেন্বা লৈত চোংশিল্লি মৈবীমুংদা
আশা চাউবা মৈরান্বীগী কাংলুপশিংনা

৩০।৬।৯৩

টিঃ বিঃ হোসপিটাল, চাংমৈরো'

শংবান্নবা অতিয়াগী ঈপাক্তা/৩৩

## লোইনাইদ্রবা খোঙচৎ

পাক্লবা ঈপাক্তা লৈনা চোইনা কেল্লিবা
থম্বাল লৈরাংবু উরগা
করিবু হায়বি থমচেৎনা ?
তারম্দাই খাজগী মশেক্পু য়েংলগা
কবি ইঙ্গিংপু তৌরি চৌংখৈ লাইরেম্বীনা ?
ঐনা পাম্মী লোইবা নাইদবা
খোঙচৎ অমা।
শংবান্নবা অশিংযাগা
অশংবা মালেমগা
খুৎশম্মনা মোমোন নোক্মিন্নবা
মতম্দা
চেন্না চোংনা শান্নগনি
ঐগী থব্রায়্না লম্গী চেক্লা ওইনা।
চীংদোল্ অমদগী চীংদোল অমদা
খোম্থাং য়ৈনা শক্লম্গনি ঈশৈ
পোক্পা অমদি শিবগী
লীপুম্মা পুন্বা ওম্দবা।

১১।৯।৭৩

তেরাকৈথেল

## খূদোল্

ফজবী মালেমগী মথানুংদা
অহান্‌বা খোঙদাজরক্‌খি নঙ
মপুগী অথোইবা খূদোল্ ওইনা।
ঙসিদি তাইবঙ্‌গী চৎনবী লীপুন্‌শিংসিনা
ওইহল্লে নঙবু হংগী লাই
নখোঙ নখূৎ লংস্নুং থাংলবা।
নঙগী পৃথিবীস্নু অস্নুম্না
ওইহন্‌খি নঙনা মেলাগী ফম্পাক্।

১১।৯।৯৩

তেরাকৈথেল

# খুৎলাই থাগনু ঐঙোন্দা

খুৎলাই থাগনু ঐঙোন্দা।
অথোৎপা থম্মোয় অমগী মপুনি ঐহাক্
মীওইবনি নঙগুম্বা।
নঙগী অখূবা মীৎযেং অমনা
ওইহল্লে ঐবু শাহিং চাবা।
ওইবে নঙনা শাদানবা।
যেংউ, ঙসিদি মোংফম্ ওইরে
ইমাগী তম্পাক্।
মীওৎ-মীনৈ লম্মৈগী মৈখূনা
মোৎহল্লে ইমাগী মাইথোং।
নঙ্গী ঈরেম্খাক্লা মিতম্বনি ঐহাক্
ননাওনি অতুগা নঙনা ঐগী ইযাম্বা।
করি ফংগনি অমনা অমবু মাঙহন্নরগা ?
নমীত্তা পুল্লিবা অমুবা মীৎখুম্ফিত্নু
লোথোক্লুনা য়েংউ ঐগী মীত্তা
অতুগা মহৌশাদা।
থম্মোয়্‌সিদা লোত্নুনা লৈরি
মিঙ্গংশিগী ঈথক্ ঈপোম্।
লোৎলি চান্ন চিন্নবগী খোইরুম্ মীনোক্
মহৌশাগী মথান্নুংদম্ভু।
নঙ্ ঐ খূৎশন্ননা মোমোন্ নোক্মিন্নবদা
কয়াদা সুন্দ্ধৎকনি মহৌশাগী শক্লম্না!
কয়াদা পেঞ্জগনি ঐখোয়্‌গী অপোক্পীন্না।
অতুনা লংথোক্খ্রো
তাঙ্গোই ওল্‌হনখ্রো

নঙ্গী মীত্তা পুল্লিবা
অমন্বা মীৎথুম্নফিদো।
খুৎলাই থাগন্নু ঐঙোন্দা
অথোৎপা থম্মোয়্ অমগী মপুনি ঐহাক্
মীওইবনি নঙ্গুম্বা।

৬। ১০। ৯৩

তেম্নাকৈথেল

# অহীংগী মতম্

অথেঙ্‌বা অহীংদা মুপী অমা ফম্লি
লাইওইরবা স্নাখোংনাং পাম্বীসিগী মখাদা।
মহাক্ শম্লাংগীদমক্ চোক্‌শিন্দে।
ফিজেৎকীদমক্ মিপাইদে।
মঙাল্ শাম্লবী মীৎস্নানা য়েংলি
অহীংগী অতিয়া।
ইমম্ মন্মী, থরান্‌মিচাক্ খরদংদি
থোক্লি তগুপ্ তরেং
পীক্লবা আশাগুম্
ঈথক্ ঈপোম্ কল্লবা ঈপাক্কী
তোর্ব্বান্ ব্লাংমগী মৃশিবা থাউমৈগুম্।
মহাক্ কপ্তে নোক্তে ব্লাস্থ ঙাঙ্‌দে।
মপুরোইবা শেংনবরীনি
মথাঙ্‌গী মচা কায় নববীনি।
অদুবু মহাক্ ফম্লি
অহীংগী অচীক্‌পগা শীংনজুনা
মমায় নোংপোক্ ওন্দুনা।
চীংখৈ ফীতুপ্ হুল্লকপবু ঙাইবিবরা
নত্রগা পারি মানা
খোঙ্‌গুল্ লীরক্‌পবু ঙাইরিবরা
খঙ্‌দে থোনা ফবীসে।

৩০।১১।৯৩

তেরাকৈথেল

## ঐখোয়্গী য়ুম্

ঙসিদি ঐখোয়্গী য়ুমসে শকৃফম্ ওল্লে
ফক্লাং শীংখোং ইকিন্ কীহ্নরে।
য়ুম্নীমখৈস্তু শুম্ চাশিল্লক্লে।
অমন্‌বা ইথক্তা তিম্পুন্ নাপুন্
মকোন্ শারে।
নোংলৈ মুংশিং কয়া মাইয়োক্ য়াথ্রবনি
নোংজু মুংশা কয়া থাঙ্থ্রবনি
ঐখোয়্গী মুংশিনবা য়ুম্‌শে।
মহাক্কী মতম্পাক্তা ঐখোয়্গী
খোয়রী নাওফম্ ফুম্‌খিবা
অঙাং ওইরিঙৈ পুন্সিদা
চেন চোংনা শান্নখিবা
মথোং কারক্‌পা মতমদা
মঙাল্ মশেক্কী মঙ মঙখিবা
ঐখোয়গী পাম্মুরবা য়ুম অসে
ঙসিদি ওইবক্লে ঐখোয়গী মোংফম।
ওয়লাইশিংনা থোঙজিন্দা লেপ্লম্নুনা
শাংলবা শরুগী খুৎশাশিংনা
ঐখোয়্গী খোরী মেৎলক্লে।
মচাশিংগী মমন্নবা পোৎলোইবগী মৈথুরক্তা
শ্বব ফুইনা হোল্লহনা লেপ্লি রাজরবী ইমানা
ইশাগী ইয়ুম্ অসিদা ঐখোয়্স্তু লেপ্লি
অমম্বা মপৈ অমনা নন্‌শিল্লহনা
শক্‌খঙ্দবা ইথৎ অমদা তৌবগুম্।

২৫। ১২। ৯৩, তেরাকৈথেল

## মৈরী

ঐদি লম্বী চৎপনি।
লৈঙোইগী ঈপাক্ লৈঙোইগী চীংথুম্
লৈকংলা কয়া লান্দুনা
তূ-খোং কয়া লান্দুনা চৎখিগনি ঐনা।
শংবান্নবী অতিয়াসিগী ফীজং মথাদা
ফজবী মালেম্গী কৈদনো ফীজি মরুম্দা
কেকু লোৎলি তাঞ্জবা পোৎশক্ অমা।
কল্লক্ য়েংথীনবদগী হৌরক্পা
পোৎলোইবগী মংলবা মৈখূ মরক্তা
কুফেৎ কাফেৎ ঙাল্লি অরাপ্পদা
পীক্লবা মৈরীনা।
তিংখং তুম্বৌ কয়া লাল্লক্পদা
খোংউপ্ তোংদবা খোঙ্‌সিনা
শিন্থহৌই ঈখেং পীরক্ই চৈনা
থোৎ নৌরবা হক্চাংদা।
অতুবু ঐদি চৎলি ঈশৈ শতুন্না।
নত্রবদি করম্ চৎকনি?

৬।২।৯৪

তেরাকৈথেল

# থৌরী য়ান্‌বা

ঐনা মীরোন্ তারক্‌পদা
উনগুম্না ভৌরম্মী হক্‌চাংগী কুচু।
মশেক্ মঙালনা থল্লম্মী ঐগী মাইথোং।
ঙসিদি চহী লীশিং কয়াগী মতুংসিদা
অমুবা মচুদা ওম্থোক্লম্লে
ঐগী হক্‌চাংগী মচুসে।
মতম্ অমা ইশানা পাম্‌জনা
তৈশিন্দুনা শান্নখি মচু অসে
লম্‌হেন্‌বা ঐগী খৃংনা ঐগী হক্‌চাংদা।
ঙসিদি অমুক্ কোক্‌খিবগী মতুং
হেন্না হেন্না চুশিল্লক্লবদা মচু অসিনা
কপ্‌কত্রা নোকত্রা খঙ্‌দনা লেপ্লি
তন্দে মান্দে মোংফম্‌ংক্‌সিদা।
অপীক্‌পা অঙাং অমস্তু লাক্‌লি
মফম্‌সিদা নোক্‌খেনা
আশাগী শক্তম্ পুরক্তুনা।
মহাক্ পোক্লম্‌দবনা ফবনি মফম্‌সিদা।
অন্নাবা কয়া খাঙ্‌লক্লি মীওইবনা।
শিবা ফাওবা মাইথীবা পীবা ঙম্লি মহাক্না।
অতুবু শক্তি তাম্নবগী মুংশিনদবগী
লান্ অসিদি করম্না মাইথোক্ য়াগনি
মিনুংশি পাম্বা থম্মোয়্‌না ?
মসিনি অরুবা য়াফম্‌দি।
ঐগী মাঙ্‌দা লেপ্লি সন্ অমস্তু।
মমীৎ ঈ কানা ঐবু য়েংলি।

শংবান্নবা অতিয়াগী ঈপাক্তা/৫১

অপীক্পা অঙাংশিংবু য়েংলি।
মচীঙ্গাক্ ওইনগদবগী শেম্ শাৰি।
অশংবা চীংয়া তম্য়াদা
লূৰবা তুৰেল্গী ঈচেল্দা
ঈথক্ হৌৰি অঙাঙ্বা ঈগেংনা।
শক্ফম্ হোংলে মহৌশাস্থু।
অতুগা মহাক্কী মচাশিংগী মৰম্চংস্থু।
মীওইবগী ইতিহাস্ ইৰম্গে হায়্না
খুতুম্ শীংদুনা লাক্পনি
অপীক্পা অঙাংসে
পৃথিবীসিগী লাইবক্তা।
অতুবু মহাক্সু থৌৰী য়ান্দুনা
শিদৌৰিব্রা খঙ্দে মোংফম্থক্সিদা।

১৭।২।৯৪
তেৰাকৈথেল

## লুবাক্নুংগী লাইধিবী

লাইধিবী অমা তুম্লী লুবাক্নুংদা
মপোপ্ কায়্দনা
অপীক্পা অঙাংনা স্নুপ্লীরম্বা কৈজুপ্নুংদা।
অমম্বগী খয়াংম্নুংদা কেকু লোংলুরবী
মহৌশা মীংকপ্ থোরক্লে।
মাইথুম্ফি চিংখংলদুনা মোমোন্
নোক্লক্লে
পোমশাংনবীগী মতৌ তম্দুনা।
লিরি লিরিবা মুংশিন্ডা
ফিজি ফীনা হাইরদুনা
নৌরবী খুজেং লৈরক্লে।
অদুবু লাইধিবী অদুদি তুম্লি অমুম্মক্।
গ্নমিংচুপ্পা অপীক্পা অঙাংগী
অওং অনৈ খাঙ্বদা চোক্থরদুনা।
অঙন্বা অযুক্কী কোরৌ মশেক্কী
তুম্নবা খুৎশানা লুবাক্নুংদা ফাওজিল্লকই।
নিঙাইদনা তুম্লিবী মহাক্কী মাইথোংদা
তপ্পা তপ্পা নান্বীরকই।
মীংকপ্ থোক্লো মীংকপ্ থোক্লো হায়না
হন্না হন্না হৌদোক্লকই।

১৫।৩।৯৪

লৈ ইংখোল্

## মীগা য়োংগা

১

থেক্ক থেক্ নোগ নৌ
সাত্তিন্ তূপ্তুনা চংলি সর্কসকী যোংনা।
ময়া খিগং খিগত্তুনা ভাবোক্শিংদা হায়্—
"মীস্থ যোংনি য়োংস্থ মীনি
করি থেন্নে নখোয়গা ঐগা ?
খোঙ অনী খুং অনী
পাল্লি ঐগীস্থ নখোয়্গীগুম্ হৈথোই শিংথোইবা।
ইমীং অনীস্থ পাল্লি নখোয়্গীগুম্
যেংবত্তদা হৈগ..বা।
করি থেন্নে নখোয়্গা ঐগা?"
মহাক্কী মতৌ উরগা নাক্ই ভাবোক্শিংনা
পূক্লিং তানা।
হরাওরবা য়োংনা চোংই
মমৈ থেক্কং থেক্কত্তুনা সর্কস তৌফম্দা।
থৌরী মথক্তা চংলি সাত্তিন্ হাইব হাইরত্তুনা।
মুমিত্তুদা পীজৈ মপুনা অহাও অথুম্
লদ্থ বেরা পাম্মুবা লৈতনা য়োংত্থদা।
মবুক্ পেল্লবা য়োংত্থনা খঞ্জে—
মহাক্কী মপোক্ মহৈ য়াম্রে।
চাংদম্মত্থনা যেংলক্ই উমংদা,
উখোঙ্ রাখোঙ্দা য়ারেক্হৌবা
উহৈত্তনা মবুক্ থম্মরবা মহাক্কী
মক্সপ্ মপিজাশিংগী পুম্সিগা মশামক্কীগা।
মশাদা শেংলিবা লৈংলিনা

খো্ঙগ্রাউদা ফুরিত্তা য়েংলকই হন্না হন্না
অতুগা খোইরুম্ নোক্চরকই—
"কান্নদবনি মখোয়গা চাংদম্নবা
ইকাই ইকি খঙ্দবমখৈ
মফেজোম্ থোক্না চংলম্গনি মখোয়্
উমংদুদা
অশীন্বা অফকপা উচৈ চীন্দম্নরম্গনি।"
মুংঙাইবা মঙ মঙ্দুনা তুম্থখি
সর্কসকী য়েং অতু।

২

চাক্ তাঙ্বা মতম্দা
মপুগী শেজবন্দা শেল্ থুম লোইশিন্খি।
অথুক্ করা মুমিদাং কয়া
হন্না হন্না চবা হল্লকই।
মবুক্ কান্নবা মপুনা
উতুপা অনা পায়দুনা চঙলকই
মহাক্কী মুংশিরবা য়োংগী মনাক্তা।
মিমুংশি মনীক্ অপক্লা পক্লুনা
হাইগত্তুনা পোম্মকই উতুপ্পুনা
চদংনরবা য়োংদুগী মকোক্তা।
অরোইবা শ্বর হোল্লকপদা
য়োংদুনা শোল্লকই -
"মীনা মীনি য়োংনা য়োংনি
য়োংনা য়োংনি মীনা মীনি।"

১১।৪।৯৪
লৈ ইংখোল্, চা মৈরোং

## য়েন্‌গী য়ায়ী

"কে ক্রে কে কে ক্রে কে
কে ক্রে কে কে ক্রে কে"
হন্না হন্না খোংলক্‌ই
পোল্‌ট্রি ফার্মদা
পেন নম্বর তরামরিগী কাদগী
য়েনবা অমনা।
'কে ক্রে কে কে ক্রে কে"
য়েন্‌ অমনা অমুক্‌ খোংলক্‌ই
পেন্‌ নম্বর মাপন্‌গী কাদগী।
মুমিং চপ্‌ যু'বদা য়ায়ী শান্নে
য়েন্‌ অনী মশক্তি উন্নদনা।
'করম্‌ পাল্লিবগে মরূপ্‌ নওবু''
হংলক্‌ই পেন্‌ নম্বর তরামরিগী য়েন্না।
"নুংঙাইবি নুংঙাইরি
সি মঙাই নুংঙাইবা।
ইরুম্‌ মথৈ পুখোকখি
এগ কেস্‌তা হাপ্‌ হাপ্লুনা
থারুনবা তুকান্দা কৈথেন্দা।
এগী মুপীনা শাওলি
মৈনী'কুম্বগী চেনাগা পুন্না মচা
কায়নবগী অৱাবা।
কদাইদগীনো চৎকূপ রাইকুপ
খর পুরক্লুনা
কোনী মনা অপৎপা শবগা চাইশিন্‌বীত্লুনা।
শিরমক্তি শিহন্দে চাবা ফংদত্লুনা।

করিগুম্বা মতম্দা ইচাশিং
ইনাউশিংবু মখোঙ্ মখূৎ পুক্লিক্লুনা পুখি
চিকন শোপ্পা ওটোরিক্লোদা
চাগু না।
মখোয় অমুক্ হল্লকখিদরে
ঐখোয়গী নাক্তা।
মকম্তুদা মখোয় করম্না লেল্লমগনি ?
তাবদি তাৌই মীশিংনা রারী শারবা
মক্লিক্লুবা।
লৈবা লাকপশিংনা চায়
'মমল্সি থর য়াম্মল্লি
ঐখোয়গী শেন্দোং লৈররোই।
দ্রেস চিপন্ ওইনা য়োন্নবদা
চৌজিক্ কেং জিংদা হুক্ফতনি।
মতু ময়াম্সিদি কান্নদবনি।
তাশ্লন্না হেক্ হেক্ রারী শান্নে।
থঙবা ওম্দে কবি চায়্রিবনো।''
' অতুদি নঙ ঐ চপ মান্নে।
নঙগী লাইবক্ত ঐগী লাইবক্তা
নঙগী পুন্সিগা ঐগী পুন্সিগা
অমত্তনি ঐখোয় অমত্তনি।''
''কে ক্রে কে কে কে
কে ক্রে কে কে কে''
হন্না হন্না রারী শান্নে মুমিৎ খুদিং
পোলট্রি ফার্মগী য়েন্শিংনা।
১১।৪।৯৫, লৈ ইংখোল্

## নুংচুম্ চোক্তুম্

চোক্ অমগী মথক্তা চোক্ অমা
নুং অমগী মথক্তা নুং অমা
মরোল্ মবোল্ হাপ্‌কংলি
য়ুম্ শাবা মুপাহ্নুনা।
বিলাটি মাটিগা লৈঙোইগা
থীং থীতুনা মেল্লকই
চোক্কী কারক্ নুংগী কারক্।
অসুম্না ওইহল্লকই বা মযাম্।
কা অমগী মথক্তা কা অমা
অসুম্না ওইহল্লকই ফজববা বিলদিং।
বিলদিংগী কা কাশিংবু
ফজবা লাই থেতুনা
ফজবা লৈ যাম্থুনা
পৃক্নি সুম্হাৎহল্লকই অউবা কযাগী
অতুগা ওইহল্লকই হোটেল বোর্দিং
পার্লর মথং মথং
অযোন্‌বনা লোম্নি অরৈবনা লৈবৈ।
মীনা চরো যাল্লকই
মচা মচুগী লৈ চবোংনা যানবগুম্।
মুংডাইনা লেনি মীশিংনা।
মুংডাইনা যাত্তারি মীশিংনা
মখোয মশেন্ রারী শায়ৈ
চামিয়ৈ থক্‌মিয়ৈ নোক্‌মিয়ৈ
মুংথিলগী মতম্দা মুংদাংগী মতম্দা।
অতীংদা তৃয়ৈ মাগী মাগী কাদা

শংবান্নবা অতিয়াগী উপাক্তা/৫৮

থোঙ্ চেংনা লোন্সিন্নহুনা
রাখল্ খন্নে করম্না হিংবা
করম্না শক্তি পায়্বা।
পাপ্কী কৈরাক্ হাইগৎলি নোংদোন্দা
লাইবৈবাক্কী লাইশিংগা শীংনহুনা।
থোঙ্চং কায়্রকই পৃথিবী।
অকনবা য়ুহান হারকই।
গোদ্রোং গোদ্রোং নাংখাইরকই
চোক্কী দলান্ নুংগী দলান্ মথং মথং
চোক্ শুইনা উরম্দবা
নুং শুইনা উরম্দবা।
তম্থীবা শক্লোন্ লৌরকই।
মীগী চরোং খীক্থখি লৈমায়থক্তা
অপৎপা লৈগুম্ চাইথরকই।
ফজবা পুংশেম্ কয়া শক্ফম্ কায়রকই
সুন্দাংপা শক্তম্ কয়া মচেং তারকই।
অসিত্তদা সুংশাখর শাংনা হোন্দুনা
অরা পোত্থারকই মপুম্ থীৎলবা
নুংছুম চোক্তুম্শিংনা।
অমগা অমগা ভানহুনা রারী শানরকই--
"মখোয়না ঐখোয়বু কয়াদা ওৎপ্রবা!
মখোয়সিনা ঐখোয়বু কয়াদা হম্বনা য়েংপ্রবা!"
১১।৪।৯৪
লৈ ইংখোল্

## চরেৎনবা

"নঙগী নশক্তি অসিনি।"
নঙনা লাক্লনা অয়েক্পা শক্তম্
অসা উংলৈ।
"মসিদি নত্তে নঙগী নশক্তি অসিনি।"
মানা অমুক্ লাক্লনা
অয়েক্পা শকম্ অমমুক্ উংলৈ।
অতবু ঐদি ইশাগী শক্তম্ কাউশিল্লক্লে
মীৎ, নাকো', নাতোন্, চীনবান
নীংশিংনগী মমি শাল্লক্লে।
নখোয় অনৌনদি মরৈ তৌনরি
কন্না খংনবি লাউ-রি
ঐগী মবম্দা।
নখোয়না ঐবু করম্না তাকনি
ইশানা ফাওবা তাক্পা ঙমদ্রবসিদা।

১৫।৫।৯৪

লৈ ইংখোল

শংবান্নবা অতিয়াগী ঈপাক্ত'/৬০

## অশিং অরাম্বা

অশিং অরাম্বাগী নোংলৈ মুংশিন্তা
বোম্ বোম্ তুরকৃই চৌংমাইগী উচান্ পাম্বীশিং।
মহৈ অমদি মনাশিংনা
চৌংমাই থন্না চাইরকৃই।
চ্যেক্‌শিন্‌হৌদবা মীৎকুপ্তা
লম্মৈ থাবগী মখুত্তগী লীখহৌবা মৈরীক্না
থিংঙমদ্রবা মৈজাউ ওইহনা
চৌংমাই খোন্না চাক্লকৃই।
খঙ্‌হৌদনা হৌরকৃপা অথাক্ অরাউরক্তা
চুথরি জম্ জম্ ঈগী নোংনা—
চৌংমাইদা লোক্লুংদা উমং অমদি তম্পাক্তা।
কাইদোংফম্ লৈত্রবা চৌংগী খুম্নু
মপি মচানা লাক্না লাক্না খোংলি
অপীক্‌পা মহুম্না তাঙ্গোই ওনথ্রবদা।
মদোম্ থম্মোয়্ খৃত্তুম্ মুনা কপ্লি
শংলেন্ ফীজোল্ থাদোকৃথ্রবী
লম্মৈগী মৈশা লাংলবী লোইবীনা।
অথেঙ্‌বা অহীং খুদিংদা
হাথু হাথু থাংবা খোঙ্‌থাং মখোল্‌শিং
চুপ্‌শিন্‌খি মীকপ্ মীরাউগী ঈথক্লা।
কনানম্নু করিম্নু হায়্‌রদে
কনানম্নু মিমুংশি উৎলদে।
অহীং মমৈ ওইরকৃপদা
মঙ্‌লাক্লরবা অচীক্‌পদা
অমম্বগী ফীরুক্ হাইদোক্লুনা

কুফেং কাফেং য়েংলকৃই অিত্যানা
থল্লান্ মৈরা চম্থুনা।
কল্লক্ য়েংথীবগী লম্মৈনা
মরোল্ মরাং তাক্হল্লবী
মালেম্গী শক্তম্ উবদা
মমীৎ চেৎনা উইশিন্দুনা
খাঙ্লি উপাই লৈতনা।
মীৎলুগী ঈরানা হোৎনরি
মশানৌগী মৈচাক্ মুথংকে হায়্না।
২১।৫।৯৪
লৈ ইংখোল

## তরূং মালং

মহাক্না হৌবক্ফম্ খঙ্দে।

মহাক্না মশক্ খঙ্দে।

মহাক্না য়ুম্ খঙ্দে।

অহাঙ্বনি অহাঙ্বনি অহাঙ্বনি।

নুংশিবা লৈনয়া ঐখোয়্বু ঙাওহল্লি।

নুঙ্ঙাংপী থাবল্না ঐখোয়্বু ঈংহল্লি

তান্না তারিবা ঈশৈ অসিগী শুর্না

পি শিন্থহল্লি ঐখোয়্বু

পি শিন্থহল্লি ঐখোয়্বু।

২৫।৫।৯৪

লৈ ইংখোল্ চীংমৈরোং

## হঙোইশিংগী ৱারী

কোমকুৎ অমদা হঙোইশিংনা খুন্দারম্মী।
ইকংথাদা অফংবা তীন্ কাঙ্ চাহুনা
ইপাঙ্খাদা লোংদাউ তাউবী শাগ্নহুনা
নীংতম্না লেঞ্জরম্মী মখোয়্না।
শারবা কালেন্গী মৈশাবু নাচুংদা
লৈকু লৈরাইদা কুন্দুনা
ঈশৈ শকুনা লেঞ্জরম্মী।
ঈকংথাদগী নোংজুথা
নোংজুথাদগী ঈকংথা
ওন্না ওন্না খুদোল্ তৌরকুই মতম্না
ফিজেৎ হোংগন্বী মালেম্গী মকাদা।
অস্তুম্না অমুক্সু য়ৌরকুই নোংজুথা।
মশা ৱাই শংদ্রবী মোরে হঙোই অমা
মপুবোইবগা মিপাইনা লাঞ্জেল্লকুই
লোংউপ্ তান্বা নহা খরগী
মথুঙগী নাম্বোক্তুনা।
"নখোয়্গী নথুরানি, নন্দোম্নি, নচাশিংনি॥"
অস্তুম্না পি শিম্বরহুনা
মখোয়্না চঙ্জফম্ নিরম্মী
কোমকুৎ অহুগী মনুংদা।
মিন্নুংশি চাউবা হঙোইশিংনা
মখোয়্বু চঙ্জফম্ পীবীরম্মী।
মুমিৎ অমুক্ তাখি নোং অমুক্ ভাল্লকুই
নোং অমুক্ ভাল্লকুই মুমিৎ অমুক্ তাখি।
মতম্ কয়া চৌখিরম্মী।

চাগোক্ ফবী মোরে হঙোইগী
মচাশিং শরেপ্ ফারক্‌ই।
অতুগা হোংলক্‌ই মখোয়গী মরম্‌চং।
ওং-নৈবা হৌরক্‌ই শেং-শেতুনা চারক্‌ই।
ফংফম্ থোক্‌পা চাক্‌থুং মুল্লক্‌ই
চম্‌জরবা হঙোইশিংগী।
অস্নুম্না ওইহল্লক্‌ই কোম্‌কুত্তুবু
মোরে হঙোইতগী লৈবাক্।
মমৈথংদা কাউথ্রে হঙোইশিংগী শক্তম্
মুংশিবা খোন্থোক্ নোংজুথাগী ঈশৈ।
খয়ারুরবা, নাকোং শেগায়হল্লবা
খোঞ্জেল্‌তনা নিল্লক্‌ই—
"গোক্ গোক্ গোক্ গোক্"
কোম্‌কুংকী মমুং অমদি মপান্দা।

২২।৫।৯৪
লৈ ইংখোল্, চাংমৈরোং

## মীনোক্কুদা

মাঙ্গী মিংশেলদা যেংলুবদা
শক্‌খঙ্‌দবা মাইথোং অমনা
মোমোন্ নোক্লা ঐবু য়েংলকুই।
খুৎ হত্তুনা ঐবু কৌনকুই
মীৎকুপ্‌ অমত্তং লাঙ্‌তক্লক্লই ঐনা
কনানো মহাকুপু ?
কবিনো খর হায়বকুই মানা।
কবি হায়রিবনোদি খঙ্‌দে।
থম্মোয়্‌নদি লাঙ্‌তক্লরকুই মাগী মরমদা
অতুগা অমুক্‌ ইশাগী মরমদা।
২৫।৫।৯৪
লৈ ইংখোল্

## মৈরা অমত্তং

পাল্লি ঈপাক্তা তাউরি
থাউমৈ পবেং পবেং দ্বীপানিতাগী অহাঙ্গা
নীংশিং খদম ওইনা
তামগ্রবা শক্তম কয়াগী।
ইমাগী মোংফমদস্তু খংবি ঐনা
থানগে হায়না মৈবাসিমক্তুং।
অত্থুব মীংলুগী পিনা মশেন্ মরাংলে
ইমীংসে।
নুংশিংনস্তু তুম্নি তু তু।
খেত্ত্রোক্‌থবা ংখেং মরাশিংনা
চাইরি অকোয়্বদা।
ভমগদ্রা খঙ্দে চুপ্থপা
পীক্লবা মৈবাসিমক্তুং
ইমাগীদমক্তি হায়্তুনা
নাক্লবা থুং অনীসিনা।

৩১। ৫। ৯৪

লৈ ইংখোল্

## মঙালগী ঈপাক্তা

পীক্ল পীক্লবা কুবাক্ তীন্‌শিংনা
শবেপ্ ফাবকই নোংমা নোংমগী।
শাক্লংশিংনা থপ্পা হৌবকই।
মপুং ফাবক্লবা মতমদা
লীখোরকই ত্তপ্পা তপ্পা
শেগায়্‌ত্নুনা মন্নম্মু।
পীক্লবা কাখল্‌শিংবু নাম্বোক্নুনা
লংলাশিংবু চীকথত্নুনা
পাইথোরকই হাঙ্‌ল মালংদা।
ভূফাং থপ্প থপ্লত্নুনা
ইরোইবী শাম্নবি
ঈংল মালংগী সন্নমদা
লৈকা অমদগী লৈকা অমদা
মঙাল্লা থল্লবা মালেমদা।
লৌরকই পীক্লবা শক্লক্ অমত্তং
মপুগী সুম্নাংলবা খুৎশেমদা।

৩১।৫ ৯৪

লৈ ইংখোল্

## ক্যুবিজম্

লৈই কয়াগী মতেং লৌহুনা
মশীং লাক্তমন্ত্রবা কূপ্ল কূপ্লবা
ঐনা য়েক্নি অয়েক্পা লাইশিং।
অয়েক্প লাইশিংনা মথ্নাই পাল্লহুনা
ঐবু হেক্ হেক্ তম্নরৈ অচৌক্পদা
অহিংদা অত্তগা ন্নুমিদাংবাইরম্দা।
মোমোন্ নোক্নুনা ন্নুক্ষৎহন্দুনা
নীংথিবা মীৎন্নাগী ইঙ্গিৎনা
ঐবু পুরি মঙ্লৈবাক্তা
মচু মচুগী লৈরাংলক্তা।
শংবান্নবা মালংগী
তরু তরুবা ন্নুংশালক্তা
লাংক্রুবীগুম্ পাইরি ঐনা
লৈহাউ লৈরেন্গী শাইনোল্লক্তা।
অত্তুগা করিগুম্বদা
পিরাং শিম্বরহুনা
পুরি ঐবু মপান্ নাইড্রবা ঈপাক্ অমগী
তোর্ব্বান্দা থাশিগী অহীংদা।
লম্মাংনরবা হিরোইগী নিংবা কায়্বা
ন্নুংনাংবা ন্নুংশাখর ওইনা
রাহল্লি ঐবু কপ্হল্লি ঐবু।
করিগুম্বদনা মথূৎনা থৌরবা থাঙ্
পায়্হুনা ঐগী কোক্তা নুশম্দা
লেংজুম্দা
হন্না হন্না য়াম্বরক্ই।

চৈনা ফংলবদা শাউরবা কবোকৈগুম্
হোংলক্ই ঐগী পূক্নিংমু।
মথং মথং মূখত্তুনা লইশিংবু
ওইহল্লক্ই লোম্লোক্তবা মীরাংলবা
শোইনাইরবা শক্তম্শিং
ঐগী অয়েক্পা লাইশিংবু।
অত্তগা মুংশাখ্বর শাংনা হোন্দোক্তুনা
ফম্লি ঐহাক্ রাইশংনা।

১৯৭৪ তেরাকৈণেল

শংবান্নবা অতিয়াগী ঈপাক্তা/৭০

## কেতকী

কেতকীশিনা শাৎলি লৈকা ফন্না।
অমুকুম্ন কেকু লোংলি অশংবা মনারক্কা
নীংথিবী মালেমগী ফীজি মরুম্দা।
নাইতোম্ তারবা চীংগী থেল্ অমদা।
থানিল্গী অহীংদা তৈথবকুই
শংবান্নবী থাবল্গী ঈথক্না
অতৌ অতৌবী লৈকাদা অত্তুগা লৈয়োন্দা।
তিংথংগী পোৌরোল্ শংলকুই
থাবল্গী নৌরবী পুৎশানা।
লিরি লিরিবা মুংশিত্তা
লৈনম্না মাইকৈ লাং থাক্লকুই।
লৈনম্না সুম্মাংলহুনা লম্বী চৎপশিনা
চেন্সিন্নরকুই লৈখোক্তু তম্না।
তিংথংগী চৈনা ফংলবা
খেগাবনা খুৎশিংদগী শিন্থহৌই ঈথেং লৈমাইথক্তা
নোম্ নোম্ হাইরহুনা
থাঙ্হৌই কায়্ন মৈচাক্ লৈখোক্না।
কেতকীগী লৈকাশিং
তপ্না তপ্না কংশিল্লকুই
খুবাম্দা ফুরিৎখাউদা
অতুদগী মোল্লাংখাদা।
সুম্মাংপী লৈনম্দি হেন্নহুম্ ময়াই কারকুই
হাঙল মালংদা তাবুমুংদা
কুমজ্জা কয়াগী মতুংদসু।
২১।৬।৯৪ লৈ ইংখোল্

## বস্ ষ্টেন্দ

“টেং টেং টেং
টেং টেং টেং টেং ..
খঙ্হৌদনা লাক্খি বস্ অতু
বস ষ্টেংদ অমদা লেপ্লিদৈং,
লাউ খোংলহুনা
মুংশাশ্বর ফুইনা হোল্লহুনা
মশা রাই শংদ্রবী লাইরেন্ অমোম্গুম্
লেংগম্ শাঙম্দনা।
মীৎকুপ্ অমত্তং
মৈপূনা মমহল্লি অতিযা।
শেংলিবা ফিরোল্শিংবু
মক্হল্লি মোৎহল্লি উফুল মপৈ মপৈনা।
মীৎকুপ্ অমত্তং হোংহল্লি শক্তম্
তক্ল তক্লবী অতিযাগী।
অশুন্না লাক্খি
বস্ অমগী মথং অমা
অমগী মথং অমা।
মরী মবী কূম্থনরক্ই যাত্রিক্শিং
লেংলি লেংলিবা বস্তগী
মযুম্ যৌনাংবনা লাঙ্তক্লহুনা
চোক্থবী লাইরেল্ অমোম্না
ময়াদগী ঈশিং ওথোরক্পগুম্।
নঙ্সু নঙ্গী খোঙ্চত্তা
ঐস্থু ঐগী খোঙ্চত্তা
মাস্থু মাগী খোঙ্চত্তা

শংবান্নবা অতিয়াগী উপাক্পা/৭২

লম্বী চৎপশিংনা খুৎ শোক্কে

অমগা অমগা
মীত্তা ঈরা চেন্নরক্লুনা।
খুৎ হাইন হাইনরক্লুনা
কায়্নখি ঐখোয়্
চৎনখি ঐখোয়্
ঐখোয়্ ঐখোয়্গী খোঙ্চত্তা।
কৈদৌঙৈ অমুক্ উন্নবা
কৈদৌঙৈ অরা পোত্থামিন্নবা
কৈদৌঙৈ অমুক্ নোক্মিন্নবা
তম্ভম্দবা খোঙ্চৎ অসিদা
লম্বী চৎপা থরনা শাউনরি
খৎনরি চৈ থাংনরি।
অমগা অমগা থাঙ্ শৎনরি।
করিম্নু কায়দবা নাপল্গী
ললোন্বগী, শেন্দোংগী
মখায়্গী শিকিগী
অচেন্বা বস্কী মন্নুংদা।

২১।৬।৯৪
কৈ ইংখোল্, চীংমৈরোং

## মেরুগী লম্‌শিংদা

অপোম্বীশিংনা হন্না হন্না তেম্‌শীংলক্‌ই
লৈকাশিংদু হাইদোকুনা
খোইরুম্ মোমোন্ নোক্‌চগে হায়্‌না
উন্ পুবা মুংশিংকী শহুম্‌দা
সুম্মাংপী লৈনম্ চাইথোকুনা
পোক্‌পগী মহৈ য়াঙ্গগে হায়্‌না।
অদুবু, থোরক্‌খিদে মখোয়্‌গী মুংশা।
লৈচীল্ থাংলবা অতিয়াগী
তম্‌থীবা উন্‌থাকী নোংজুদা
নোংমা নোংমগী পৎশিল্লক্‌ই
তনৌ তনৌবী লৈকাশিংনা
মেরুগী অঙৈংবা উন্‌গী লম্‌শিংদা।

২৪।৬।৯৪
লৈ ইংখোল

## পাউ অমা

লেপ্পক্লবনি ঐ মফম্‌সিদা
খূৎ থেক্তুনা পাবদা চোক্‌থরবা
মতম্‌ কয়াদগী হৌনা।
অহীং কয়া হৌগ্রে থাশি কয়াগী।
পাউখোং চল্লখি ইসা ইবেং কল্লত্তুন ঐনা
অমম্বা মপৈ মপৈগা শাল্লখি মল্লপ্‌।
নোংলৈ মুংশিং উল্লেন কয়াদা
লেপ্পক্লবনি লান্সীংনরহ্নুনা।
থাবলগী অহীং কয়া কয়াদা
শকৃখি ঈশৈ, শাখি জগোয়্‌
থম্মোয়্‌ পেল্লা অশঙ্‌বা উনাশিংগী তাম্বাদা।
নোংজুগী মতমদা খূৎক খূৎক শম্নত্তুনা
মপান্‌ নাইদ্রবা মালংগী লৈচীল্‌শিংনা
কম্‌খি মপাউ অতিযাগী
ঈগো লাংলবী মালেম্‌গী নাপ্পদা।
যেল্লাংথাবু ওক্‌চখি ঐনা
লৈজবা ঈতিক্‌ ইরল্‌ পুথোক্লত্তুনা,
ইপাল্‌শিংনা ইঙো ঙো
খোয়্‌থুম্নর উহৈগী মঙ্‌ মঙ্‌জম্নত্তুনা।
নঙগী তম্‌থীবা থম্মোয়্‌গী
অখাবা মীৎযেংগী লম্মেনা ঐবু
তাংগোই ওল্‌হনগে থৌরাংলিবা
নঙ্‌গী হাইগংলক্লিবা শীংজংগী
থৌরবা ময়াত্তুনা খাঙ্‌তপ্পা
মাঙ্‌হনখিবা থোক্লবা ঐবু
ওইরগনি নঙ্‌গী পুন্সিম্ব লৈকংলা।

২৬।৬।৯৪

লৈ ইংখোল, চীংমৈরোং

শংবাম্নবা অতিয়াগী ঈপাক্তা/৭৫

## লৈকোল্ অমগী ম্রারী

মতম্ অমা নওংগী লৈকোল্সিদা
শাংখি ঐনা তখেল্লৈ ওইনা
থরায়না তাজনা।
অদুবু কদায়দগীনো খওংহৌদনা
হৈথরকখি নুংথুম্ চেক্রুম্‌শিংনা মতীং শোক্কা
থোং নৌরবী লৈকাদা অদুগা লৈয়োন্দা।
ঐনা শকফম্ ওল্লক্লবদা
স্নুংগ্রং মাংগ্রং শাংলক্লবদা
থাগংপীখি নওংনা ঐবু মশীং নাইদনা।
লাইরৈপাক্ যৌন থাঙ্গংপীখি।
অদুগা ওসিদি চৈফুশিংসি
খাওংবা ওমত্রদুনা
চিগোংলৈ ওইনা চোংখংচরকপদা
নুংথুম্ চেক্রুম্‌শিংগী কারক্কা
তি থং পাল্লি হায়দুনা
করিগী নওনা খোয়্‌শাউনরিবা?
করিগী শিরাপ্ তৌরিবা?

২৫।৮।৯৪
লৈ ইংখোল্

## নঙ্গা উন্নরুবা মীৎকুপ্তা

নঙ্গা উন্নরুবা মীৎকুপ্তা
নঙগা চেজেং কোন্সিন্নবা মীৎকুপ্তা
লৈরাংদ লৈরাং ওই
শাংচৈ মকালাম্না ঐগী থম্মোয়্না।
নঙগী ইঙ্গিং ফংবদা
জংগোই খূৎথেক্ তম্লি ঐনা
চীংথৈ লাইরেম্বীগী শাথেক্তা
অফা অপুন্নদনা।
নঙ্গী খোঙ্জেল্ তাবদা কাউথোকই ঐনা
তৌশিন্নবা হকচাং পোল্লাংসিগী রারী।
থাপ্লবা নোংলৈ খুংশিংকী লৈঙোইগী
ঈথক্ হৌরবা লৈকংলাদস্মু
খূৎ হত্তুনা কৌবগুম্না
কনানো অমনা ঐবু
শেম্ শাবি
অনৌবা খোঙচৎ অমগীদমক্।
অদুবু নঙগী মাইথোংদি উদে ঐহাক্না।
নঙ কনানো খঙবা ঙম্দে ঐহাক্না।
ফিরুক্ খুম্‌হুনা লাকই নঙনা
ফিরুক্ খুম্‌হুনা চংখি অমুক্ ইনাক্তগী।
অহাঙবদা তরক্না
অমম্ব মপৈ মপৈশিংগা
পাউখোং চন্নহৌই ঐহাক্না।

১০।৯।৯৪

লৈ ইংখোল্

শংবান্নবা অাঙরাগী ঊপাক্তা/৭৭

মঙ্

অথেঙবা অহীংদা
নোংযাই চবুক্ লোন্‌বদা
খোঙ্জেল্‌সি হেক্ হেক্ তায়্
চৈনাখোলগী, অন্না তেংথাখোল্‌গী,
উপাই লৈতবগী।
নীংশিংলি থোদোক্‌শিংহু—
থেংগু ওন্দুনা ঙাইরম্মী ইমা নঙনা
ঐবু পাত্তুদা
অনৌবা মপোক্ অমগীদমক্ লাওজন্দনা।
ইশাইফূদা কয়া অমা
কাঙ্‌খদা কয়া অমা
লোন্না নাথৈজহুনা থম্‌জখি
ইচিন্ ইপ্‌ানা নঙ্‌বু
চৈশ্রা মমা মচাগী
মিশৌ লাংদগী কন্নবা।
অহুবু উপাই লৈখিদে ইমা
নচাশিংগী উপাই লৈখিদে।
"শন্দ্রেম্বী, ইমাদি খুকুউ য়োবেদো
ইমাদি খ্বাঙ য়োরেদো
থবাক্ যৌরেদো, ঙক্ য়োরেদো
শন্দ্রেম্বী ইমাদি লোইরেদো।"
অস্নম্না হৌখি হুমিত্তু।
মতুংসিদা অমুক্ উথিদ্রি নহাক্‌পু।
নাইতোম্ তুশোন্ননা লেপহৌখি
পিতং পাতংলবা নচা অনীনা

নঙ্গা কায়্নখিবা মীৎকুপ্তা
থম্মোয়্মুন্দা ওম্শিন্খিবা য়াম্নৈগী
মৈশা ফাওরক্লে ঙসিদি।
ইকুই কুইদনা হৌরক্লগনি
মৈরীক্ লীশিং লীশিংনা।
লাউখোংনা চাক্লক্লগনি
লম্মৈগী শক্তম্ লৌত্থনা।
মৈরীত্থনা চাক্থেক্খ্রগনি
তম্থীবী মমা মচাগী
লৌনম্ লাংথাক্কী তাইবঙমু।
মীৎকুপ্তুবু ঙাইনা ঙাইনা
অহীং মীৎশেল্ থাঙলি ঐখোয়না।
করম্বা মতম্দা হৌখিগনি অহীংসি?
করম্বা মতম্দা থোরক্কনি
ঐখোয়গী অনৌবা মুমিৎনা?

১৫।৯।৯৪
লৈ ইংখোল্

শংবাম্‌বা অতিয়াগী ঊপাক্তা/৭৯

## যীষুদা

যীষু যীষু হৌগৎলো মোংফম্‌দগী।
মাইথোংদা কূপখিবা অঙৌবা ফি অত্থুনা
নহাক্কী অঙাংবা ঈখেং অত্থুনা
মূথৎপা ঙমদ্রে মৈরী অসে।
নঙগী শেংলবা হকচাংন
ক্রোস্‌ মথক্তা অবোইবা শ্বর হোন্‌খিবা
লৈরোন্‌ চন্‌থ্রবা অমোৎপা মপৈগী য়ারীগুম্‌
মাঙহল্লক্লে চন্নদনা।
মীকপখোল্‌না নিল্লে ঙসি অমুক্‌ মালেম্‌থক্তা।
তম্‌থীবশিংগী মীওৎ মীনৈনা
নৈথেক্লে নঙগী নচাশিং।
য়েংউ যীষু অমুক্তা য়েংউ
নঙগী মীৎ অনৌ পাঙথোক্লুনা।
হুংশিবগী পাউজেল্‌না শাগৎচরম্বা
থম্মোয়গী ঈচেল্‌না চাম্‌থোক্‌চবম্বা
নহাক্কী শেংলবা মালেম্‌
মচেৎ মচেৎ থুগাইরক্লিবসে
মীহুংশি খঙদ্রব।
থম্মোয় পান্দ্রবা পিলাদশিংনা।
হো যীষু নহাক্‌ হৌগৎলক্কবা
য়াদ্রবনি ঙসিদি মোংফম্‌তুদগী।
জেরুসালেম্‌গী অচাকপা মোমবত্তীশিংগী মৈরী
মূথৎলক্লে তম্‌থীব নোংলৈ হুংশিৎনা
মথং মথং ওইনা।

শংবাম্নব অতিয়াগী ঈপাক্তা/৮০

কেলভরী চৌংথত্তা নিন্‌থিবা
নঙ্‌গী চৈনাখোলগী খোম্থাং
শিন্থখিবা পিগী ঈচেল্‌
কাউথোক্লে ঙসিদি
মপা মশক্‌ থঙ্‌দ্রবা নচাশিং অসিনা।
নঙ্‌গী শেংলবা চর্চ্চনা
মবাল্‌ লৈতবশিংগী ঈথেংনা তাউথোক্‌হল্লিবা
মোং হাদবী মালেম্‌গী ফীজি মরুম্‌দা
অভাংবা ঈখেংনা মচু শঙ্‌লিবা
উদ্রবরা নহাক্‌পু
করিগী তুগিন্‌ লৈরিবা ?
যীবু যীবু হো যীবু
নঙ্‌ তৌগৎলক্লো মোংফম্‌দগী
মতম্‌ অমগী নঙ্‌গী নত্তীকৃশিংতুগী
শরুক্‌ লীশিং লীশিং হেন্না
লৈতেংলতুনা
থৌজালগী মীৎয়েং অতুমক্কা
মূথৎলরো
থম্মোয়্‌ থম্মোয়্‌দা হুম্লিবা
হূ চেন্‌বা নোংলৈ মুংশিং অসে
লাউ খোংনা চাক্লিব' লম্মৈগী
মৈবী অসে।

২৫।৯।৯৪

শংবান্নবা অতিয়াগী ঈপাক্তং/৮১

## লান্‌বুং

"দং দং দং দং"

লান্‌ফম্‌দা লান্‌বুং য়ৈরি
মীয়াম্ অমা চেন্‌শিন্নরি
ঈনা তুরেল্ ওইনা চেল্লি লান্‌ফম্‌দা
মীকপ্ মীরাউ নাহেখোন্‌গী ঈথক্ হৌরি।
লেপ্তুনা য়ৈরি লান্‌বুং
মীশিংস্মু লেপ্তুনা চেন্‌শিন্নরি
মুপী অঙাং খাক্লনা
ময়াই কল্লবা ঈশৈ অমগী শুরনা
পুবগুম্ মীশিংনা কাউথোক্‌ই
মশানা মশাবু লান্‌বুংগী খোঞ্জেল্ তাবদা।
অহীং ঈচিক্ হুন্‌বদা
খুন্তাক্ লান্সিরবা অমম্বদা
লেপ্তুনা য়ৈরি লান্‌বুং
কনাস্মু থোক্লরক্লরে হৌজিক্তি
মীকপ্ মীরাওস্মু তাখিদ্রে
অহীংবশিংগী গুংশাম্বর মখোন্‌স্মু তাখিদ্রে।
লান্‌ফম্‌দা লাঙ্‌জাশিংনা চীক্লরি
অশিবশিংগী শদোং মুন্নরহ্নুনা
লম্লক্কী শাহিং চাবা শাশিংনা
লাউ খোংলি
অহুবু লানবুং য়ৈবা খূত্তুমদি
য়ৈরি লেপ্তুনা
দং দং দং দং
মাইকৈ মরীগী অচৌকপা থুগাইরহ্নুনা।

২২।১০।৯৪, লৈ ইংখোল

শংবান্নবা অাঁঙয়াগী ঈপাক্তং/৮২

## শকুথঙদবা থৃৎ

মীয়াম্ মরক্তা খৃৎশিং
অমগা অমগা ইমান্ মাৈম
থোংনৌই
কূপ্ল কূপ্লবা
খূবাক্ ময়িনা অমদি
লংলবা খূজিলনা লৈতেংই
য়েংবদা হুংশিবা পোকৈ।
অচীকপদা
নাইতোম্ তারকপদা
খৃৎশিং
শকফম্ ওল্লকৈ।
খূজিন্ চাওরকৈ
মতু চোয়কৈ
য়েংবদা
তু চুংলকৈ
অচুগা
মরাল্ লৈতবশিংগী
য়ুম্ মৈ থারকই
পীক্লিবা
মোমোন্ নোক্লিবা
অঙাংশিংবু
মমাগী
মথাদগী মুন্দুনা
চৈনা লেংহুনা হাংলকৈ।
মীয়াম্না

থোদোক্তু
মিপাইনা য়েংনরি।
মখোয়্ মশেন্
ওন্সিন্নত্না হংনরি—
"কনানা তৌবনো?
কনানা তৌবনো?"
পাউথুম্দি অমত্তা ফংদে।
অরাবা তারবশিংগীদমক্
মাইথীরবশিংগীদমক্
খুৎশিংনা লৈ কংলি
মখোয়্গী
মোংকম্দা।
অয়ুক্
অমদি মুংথিল্গী মতম্দা।
অহীংগী
মতম্
হেক্ ওইরক্পদা
ঈ পাম্নবা
খুৎশিংনা
মরেং মরেং
হেক্তা চৎলকই
লৈরক্তা
খুল্লক্তা
লম্খাংদা
চীংয়াদা।
২৪।১০।৯৪, লৈ ইংখোল্,

# নম্বো

অস্মক্ কুইনা তমসি
নঙ্গী নম্বীৎ ...িং ঐনা।
ইশাদা
নৈঙ্গা যেন্দাই কোন্দুনা
ইনমদা
নুংগী নম্বো পোত্তনা।
অযুবী মতমদা
মেঙলবা নুংশাদা
মহৈশানা
মোমোন্ নোঙ্কপদা
ঐস্মু
খোযরুম্ নোক্চনীংলুই
পামশাংনবা শিংগী
মতৌ তমত্তুনা।
অদুবু নোক্পদি ৎম্মে
ইনন্দ পোরিবা
নম্বোসিগী
চৈনা ফংলক্পদা
কাউথোকই ঐনা
নৈগী
যেন্দাই অমা
কোন্দুন চংলি হায়বা।
ইখঙ্ খঙ্হৌদনা
নুমিৎ তাশিল্লক্পসিদা
নঙ্গী থোঙ্গাল্সু

য়ৌশিল্লম্নে ।

ফুগাইরবী

লৈরাংশিংগী

মীনোক্সু মমি শাম্লক্লে

ঐগী ইথাম্নুংদা ঈথক্ হৌবগ্না ।

ইনম্দা পোরিবা

নম্বো অসিমদি

পুবা ঙম্দনা লূম্থরক্লি ।

২৪ । ১০ । ৯৪

লৈ ইংথোল্

## সগোল্ তোংবা পাখং

''চাংথৈ ফীহুপ হুল্লক্লে
নোংঙাল্লক্লে
মুমিংকী মশেক্ উংলক্লে
হৌজিক্ ফাওবা তুম্লিবরা নখোয় ?''
সগোল্ তোংবা পাখং অমনা
হন্না হন্না লাউরকই।
পোম্শাংনবীশিংগী মীনোক্না
মাইকৈ মবীদা ঈথক্ হীবক্লে
চেক্লাশিংগী ঈশৈনা নিল্লক্লে।
লিরিবা মুংশিংকী সহুমদা
কৈনম্মা মাইকৈ লাং থাক্লক্লে।
সনা মচুগী ফীজোল্
হোংলক্লবদা মহৌশানা
উনগুম্ মথন্তা তুম্জগ্রে
মাইথীরবা অঙীংনা।
অহুব্ অনাবশিং অহুদি
হৌজিক্সু মচি লেংবা
ওম্দনা তারি ফম্মুংথক্তা।
''নখোয্ ফীভম্ খজিক্তসু ফগাগ্রিনরা ?
নমিং পাঙ্ব ওম্ব্রিববা ?
য়েংলরো য়েংলরো
ননাক্ ননাক্তা ফাংলিবা
থোংনাউশিংহুফাওবদং
নঙক্শিংহু থাঙ্গতুনা
মিংচান্নহৌরো মিংচান্নহৌরো

শংবান্নবা অতিয়াগী ঈপাক্তা/৮৭

থোরক্লিব নুমিৎসিগা।”

হন্না হন্না লাউরকই

সগোল্ তোংবা গাগ হুনা

হোসপিটালগী

কো'বদোবদা

হঙ্গৎ-হংদা চত্তুনা।

মহাক্কী সগোলগী

খুত্রুক্ কুত্রুক্ লাউবা খেংথাং মখোংনা

অচৌক্পা মালংদা লান্দাবকই।

অঙুব্ কনাম্ব পাউথুম্ পীনবক্তে।

মহোংগী হৎলাংগী শাক্ থরদা

মেজর্ ওপরেসন তৌগ্রবা

অংবশিংনা যাম্পক্ থাবি

ফম্মুংথক্তা

মখোয়গী সেন্স ওর্গান্ পূম্মক্

উৎকগী মহাউনা পংথহলত্তুনা

অত্তুবু শগোল্ তোংবা পাখং

অত্তুদি

খোনা ফনা পাউজেল্লক্রি

নোংঙান্বগী

অনৌবা আশাগী

অনৌবা নুমিৎকী।

২৫।১১।৯৭

লৈ ইংখোল্, চৌংমৈরোং

# নুংগী শরুম্

অচীকৃপা অহৌং অসিদা
নঙ্গী অতিয়ানা
থরান্ লৈবাং লৈতেংলাক্ত শম্জিদা।
থাবল্গী ফীজোল্ হোংহুনা
শেম্ শারক্লি
নঙগী শক্লোন্ অমত্তং
উংকে হায়না শাইবঙদা।
নঙগী মালেম্না
লৈশেম্ জগোয্ শারক্লি
থাবল্লেগী লৈনম চাইথোক্লহুনা
মহাক্কী ফীজি ফীনাদা।
লেমশীংলক্লি নঙ্গী
লমনবু শিংগে হায্না।
নঙগী খুংশেয়্রওগী
লোমথিন্ ঙাল্লবা
নঙ্গী নমি ওইরবা
মীওইবনা
মখুৎনা মৈ পায্হুনা
চুরি মাগুম্বা কযাগী পুন্দ
অহুগা অমুক্
মশাগী শাইজিন্দা
ওইহন্নবা হোৎনরহুনা
নঙ্গী শেংলবা মালেম্বু
নরক্কী লৈবাক্।
থরায্ তানা নোক্লি

শংবান্নবা অতিয়াগী ঈপাক্তা/৮৯

নঙগা শাংনবা ঙম্লে হায়্তুনা।
নঙ না' খুদোল তঙ্গীবা
মশাগী থোংলনা থম্মোয়্বু
মপুংমক্কা মচেং মচেৎ শেগায়্তুন
লংথোক্লি খোঙ নেংনরি
পামজদ্রে হায়তুন ।
অদুনা নঙস্তু মীৎ উইশিল্লববা
না মেন্শিল্লববা
নংগী শক্তম ওইনা লেপ্লবরা ?

২৫ । ১১ । ৯৪
ইল ইংখোল্

শংবাদ্রবা অফিয়াগী ঈপাক্তা/৯০

# অরানবা চুমথোকপা

| অরানবা | লমাই | পরেং | অচুম্বা |
|---|---|---|---|
| "মমলসি...কান্নদবনি। | ৫৭ | ১১—১৫ | "মমলসি কান্নদবনি।" |
| খঙ বা হায়রিবনো" | ৫৭ | ১৭ | খঙ্বা হায়্রিবনো। |
| অঙো | ৭১ | ৭ | ভাঙো |
| লৈচীল্শিংনা | ৭৫ | ১৩ | লৈচীল্শিংগা |